# রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী

# গীতাঞ্জলি

( মণিপুরীদা )

ছন্দোকচবা :—

শ্রীকৃষ্ণমোহন সিংহ

মমল লুপা ৩০/-

Rs 30/-

ফোংজবা :—
শ্রীএল, মনাওবী
প্রোপ্রায়েটর : ফ্রেণ্ডস্ টকিজ, ইম্ফাল।

শজিবু ১৮৮৬ (এপ্রিল ১৯৬৪)
( স্বত্ব পুস্তক লাইরিক ইবগীনি )

ছাপা তৌবা :—
শ্রীকৃষ্ণমোহন শর্ম্মা
নেসনেল প্রেস, ইম্ফাল।

# হাইজনিংবা খরা

হাকুম হকচাং ঙমদহনা থা অমুক চখোকপা ঙমদবহ্ হকচাংদি শোকই হাইববু থরাইদদি পেঙবা অমা পোকই। মরমদি নাহনা চখোকপা ঙমগ্রিঙে মহুং অহ্দা রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরগী গীতাঞ্জলি মণিপুরী লোন্দা হন্দোকচবা ঙমহৌই। বিশ্বকবিগী অরাংবা ফজবা রাখলশিং লোল ইচম চম্বদা ফোংদোক্লম্বহ্ ঐনা হন্দোকচরিবা শৈরেংশিং অসিনা মনাক নকউবা য়াগনি নিংজদে। অহ্বু মাসিনা লম্বীফাংপা অমা ওইরগা মতুংদা কনাগুম্বা অহে-অশিং অমনা হেন্না ফনা তৌরকপা ওইসনু।

ইবা লোইরকপদা প্রোফেসার নীলকান্ত সিংহনা পাবিহনা অশোই অঙাম খর উৎপিবকপগীদমক শ্রীনীলকান্ত সিংহগী মফমদা লমন তোনবা উচ্চবি। শ্রীলাইশ্রম মনাওবি, ফ্রেণ্ডস টকিজগী প্রোপ্রায়েটরনা লাইবিক অসি ফোংবগী দায় পুম্নমক অমসুং বিশ্বভারতীদা রোয়েলটি পিবগী দায় লৌবিবগীদমক ভদ্রলোক অসিগী মফমদা মতম কুইনগী লমন তোল্লে।

অরোইবদা বিশ্বভারতীগী পব্লিশিং ডিপার্টমেন্টনা লাইব্রিক অসি ফোংবা য়াবিরকপগীদমকসু হাইব্রিবা ডিপার্টমেণ্ট অসিদা তৌবিমল খংবা উচ্চরি।

শ্রীকৃষ্ণমোহন সিংহ

| শৈকোক পরেং | | লামাই |
|---|---|---|
| ১। | আমার মাথা নত করে দাও হে তোমার | ১ |
| ২। | আমি বহুবাসনায় প্রাণপনে চাই | ২ |
| ৩। | কত অজানারে জানালে তুমি | ৩ |
| ৪। | বিপদে মোরে রক্ষা করো | ৪ |
| ৫। | অন্তর মম বিকশিত করো | ৫ |
| ৬। | প্রেমে প্রাণে গানে গন্ধে আলোকে পুলকে | ৬ |
| ৭। | তুমি নব নব রূপে এসো প্রাণে | ৭ |
| ৮। | আজ ধানের খেতে রৌদ্র ছায়ায় | ৮ |
| ৯। | আনন্দেরই সাগর থেকে | ৯ |
| ১০। | তোমার সনার থালায় সাজাব আজ | ১০ |
| ১১। | আমরা বেঁধেছি কাশের গুচ্ছ, আমরা | ১১ |
| ১২। | লেগেছে অমল ধবল পালে | ১২ |
| ১৩। | আমার নয়ণ ভুলানো এলে | ১৩ |
| ১৪। | জননী, তোমার করুন চরণখানি | ১৪ |
| ১৫। | জগৎ জুড়ে উদার সুরে | ১৫ |
| ১৬। | মেঘের পরে মেঘ জমেছে | ১৬ |
| ১৭। | কোথায় আলো, কোথায় ওরে আলো | ১৭ |
| ১৮। | আজি শ্রাবন-ঘণ-গহন-মোহে | ১৯ |
| ১৯। | আষাঢ় সন্ধ্যা ঘনিয়ে এলো | ২০ |
| ২০। | আজি ঝড়ের রাতে তোমার অভিসার | ২১ |
| ২১। | জানি জানি কোণ আদিকাল | ২১ |
| ২২। | তুমি কেমণ করে গান কর যে গুণী | ২৩ |
| ২৩। | অমন আড়াল দিয়ে লুকিয়ে গেলে | ২৪ |

| শ্লোক শব্দে | | | পাতাই |
|---|---|---|---|

শৈকোক পরেং আমাহ

| নৈবেদ্য পর্ব | | | পৃষ্ঠা |
|---|---|---|---|

| বিষয় | | পৃষ্ঠা |
|---|---|---|

| শৈকোক পক্লে | | আমাই |
| --- | --- | --- |





[illegible]

ঐহাক্কী ইকোক্ অসি খোঞ্জনুবিমুনে নহাক্কী
অখোং-থুম্নাই উতুল-থাদা।
নাপল্ পুম্বমক্তু হেক্ ঐহাক্কী
লুপহন্‌বিমু মিংকী পিদা।
হোংনরুবা ইশাই ইজ্জৎ পিনবা
লেপ্পমক্ পিজৈ ইশাদদা অচোপ্পা,
ঐগী হাইবত্দদতা লৈশিন্‌-লৈশিল্লা
ম্রাজরি মিকুপ্ থুদিংদা।
নাপল্ পুম্বমক্তু হেক্ ঐহাক্কী
লুপহন্‌বিমু মিংকী পিদা।
ঐ-অসি ইকোং কোংদোকচদবনে
ঐনা তৌজবা থবক্তা—
নংনা নিংবত্তুদা থুংহনবিমুকো
ঐনা হিংলিভৈ মন্নুংদা।
নিজরি নংগী অরোইতম্না ইংবা,
থরাইদা নংনা থম্‌-থেংনা ভান্‌বিবা,
ঐহাকপু লুম্‌শিন্‌বিত্না লেপ্লিমু
থম্মোই-থম্মাল-লকাদা।
নাপল্ পুম্বমক্তু হেক্ ঐহাক্কী
লুপহনবিমু মিংকী পিদা।

## আমি বহু বাসনায় প্রাণপণে চাই,

ঐনা থরাই য়াওনা য়াম্না পামজরুবত্রু
কংহল্লত্নুনা কনবিরে ঐবু।
থৌজাল তমথিবসি তাঙরি ঐগী
পুন্সিচুপ্পবু।
নিজদানা ঐঙোন্দা পিবিরক্পদাই
অতিঙা, মঙাল, হকচাং পুক্লিং থরাই,
নিতি নিতিগী নংনা পুবিরি ঐবু
পিবিরক্পত্নুই মতিক্ চাহন্না
কা-হেন্না পান্থে খুদোংথিবদে
কন্দুনা ঐবু।
ঐনা অমুকস্নু হেক্ কাওই, অমুকস্নু হেক্ চৎলি
নহাক্কী লম্বীবু পান্দমত্নুনা—
মুংশি-হৈতব শাই নংনা ইমাংদৈ
চথোকথিত্নুনা।
সিদি নংগী থৌজাল্নি থংলে থংলে হোই,
লৌশিন্নিংত্নুনা ঐবু তন্থোরক্নইবোই,
লৌবিয়ু পুন্সি মপুং ফাহন্না
নংগা তিন্নবা মতিক চাহন্না
নিংবা য়োঁদবৈ থুদোংথিবদে
কন্দুনা ঐবু।

৩

## কর্ম আঁকাবরে অমাইদে তুমি,

খংনদবা কয়া খংনহল্লে নংনা
যুম কয়াদা পিল্লে থুংহনবা—
লাপ্পবু ওইহল্লে নকপা মরুপ
মীতোপ্প পোক্‌মিন্নবা।
হান্নে লৈকমদগী চখোরকপা মতম
পুক্লিংদা কিনা খল্লি খোক্লগবা করম্‌,
অনৌবা মরক্তা নংদি অরিবনি
হায়বা রাসি কাওরুরিবা।
লাপ্পবু ওইহল্লে নক্‌পা, মরুপ,
মীতোপ্পু পোক্‌মিন্নবা।
হিংলিঙৈস্নু শিরগন্নু তাইবং থুংনা
হেক্‌-হেক্‌ পুবিবা মকমদা,
মপোক্‌ খুদিংগী শক্‌ খংনরক্লবও
নংনা খংনহল্লি খ্বাইদা।
নং খংলবদি কনাস্নু অতোপ্পা ওইদ্রে,
য়ানদবা লৈত্রে, করি কিবা লৈত্রে,
মথান্নু তিন্নহল্লগা নংনা য়েংলি—
ফংগে অত্থু তোইনা উবা।
লাপ্পবু ওইহল্লে নক্‌পা, মরুপ,
মীতোপ্প পোক্‌মিন্নবা।

৪

## বিপদে মোরে রক্ষা করো

খুদোংথিবদা ঐবু কল্লু
মাহু নত্তে ঐনা নিজবা,
খুদোংথিবদা ওইজগে ঐ কিদবা।
অন্না-মৈনা চান্ন থম্মোইদা
পিত্রবস্থু পুক্-থেম্-না,
ভমজগে অন্নাবব্ খুত্থম্ চন্বা।
তেংবাং কনা ঐগী ফংত্রবস্থু
ইপাঙ্গল অসিদি তেক্তসন্থু,
সংসারসিদা অমাংবদা থোক্
ফংলবদা লৌনম্বমক্তা
ইবুক্লিংদদি যাদবা ওইগে মাংবা।
ঐহাকপু নংনা লানবিগনি
মাহু নত্তে ঐনা নিজবা,
ওইজগে লান্বা ভম্বা পাঙ্গল্ লৈজবা।
ঐহাক্কী পোৎলুম যাংহনবিহুনা
পিত্রবস্থু পুক্-থেম্-না,
ওহজগে পুহুনা চৎপদা ভম্জবা।
হুভাই হুমিত্তা ইরু লুকে,
নংবু নংগী নশক্তা খংজগে,
অন্নাবৈ অহিংদা তাইবংপান্না
লৌনম্ তৌরকপা হুমিত্তা
ওইজগে নংবুদি চিংনদবা।

## অন্তর মম বিকশিত করো

থম্মোইসি ঐগী মকালাম্‌হন্‌বিয়ু
থম্মোই-মুংদা লৈবা ।
মকৃহন্‌বিগম্মু, লংহন্‌বিয়ুনে
ফজহল্লুগবা ।
হৌগৎহন্‌বিয়ু, শেম্‌-শাহন্‌বিয়ু,
ওইহল্লু কিদবা ।
কুবিয়ু, তল্‌হন্‌গম্মু নিংজিং–মাংজিংনহন্‌গম্মু ।
থম্মোইসি ঐগী মকা লাম্‌হন্‌বিয়ু,
থম্মোই-মুংদা লৈবা ।
তিল্‌হন্‌বিয়ুনে মযাম মবক্তা,
নাম্মোকহল্লু পুল্লিবা,
চংহন্‌বিয়ু থবক পুম্নমক্তা
নংগী ইশৈ অইংবা ।
নখোং-থম্বালদৈ ঐগী থম্মোইসি লেংহন্‌বিগম্মু,
মুঙাইহনবিয়ু, মুঙাইহন্‌বিয়ু
মুঙাইহল্লুগবা ।
থম্মোইসি ঐগী মকা লাম্‌হন্‌বিয়ু
থম্মোই মুংদা লৈবা ।

## প্রেমে প্রাণে গানে গান্ধে আলোকে পুলকে

প্রেম্ থরাই ইশৈ মনম্ মঙাল্ ভূজুংবা ওইনা
থুমহত্তুনা লাইবৈবাক্ তাইবংপান্ পাক্তরুনা
নহাক্কী লুরবা অমৃত তারি শিম্বহুনা
মাইকৈ থুদিংদা ওসি অপুন্‌বা পুম্বা থদং
মশক পান্না হৌগৎলক্লে হুঙাইবা মউ-লিংথৎ ;
পুন্‌সি অসি থন্‌গৎলক্লে কুংলবা অমৃতনা।
ঐগী খংব-ঙম্বা পাঙ্গল যাইফ-ইরালক্তা
থম্বাল্-চামনিপালগুম শাকাইরে হরাওজবদা
মশাগী খোইহি পুম্বা নহাক্কী নখোংদা থমহুনা।
অচিক্‌পা মৈঙাম্দা হৌগৎলে থম্মোই কাচিন্দা
অতিংবা অয়ুক্তা থোরক্‌পা হুমিৎকী মশেক্,
অতনবা মিৎকী মিৎপাল্ হাইদোক্‌চখরে ইরেন্না।

তুমি নব নব রূপে এসো প্রাণে।

নংনা অনৌ'নৌবা শক্তা লাকৃই থৱাইদা।
লাকৃই মনমৃদা মচুদা, লাকৃই ইশৈদা।
লাকৃই হকচাংদা তুজুং-পোক্লা শোক্তুনা,
লাকৃই থম্মোইদা খোইহিচেন্না হরাওনা,
লাকৃই উইশিনৃবা মিৎ অনিদা শুমৃহৎনা
নংনা অনৌ'নৌবা শক্তা লাকৃই থৱাইদা।
লাকৃই লূনা লংলবা অঙানৃবা,
লাকৃই নিংথিবা ইংবা পুক্তপ্পা,
লাকৃইনে লাকৃই অঙকৃপা থৌওংদা।
লাকৃই অৱা-শঙাইদা, থমুংদা।
লাকৃই নিতিগী থবক পুম্বদা,
লাকৃই থবক পুম্বা লোইরবদা।
নংনা অনৌ'নৌবা শক্তা লাকই থৱাইদা।

৮

## আজ ধানের খেতে রৌদ্রছায়ায়

ঙসি ফৌ–লৌবুক্তা মুংশাগ-উরুমগা
শায়ে কেকু, কোং-কোং।
'শংবা নোংদোন্দা কনানা থাদৈ
অঙৌবা লৈচিনুগী পোং।
ঙসি খোইমু লৈহি চুপ্পা কাওরি,
ঙাওরি মৈঙান্দা কোইপাই পাইবি;
ঙসি করিগী তুরেল ইয়াই লৈতোংদা
মিংকা মিংকা থেংনৈ গোং-গোং।
ফরে, হল্লরোই ঙসি য়ুমদা ভাই,
হল্লবোই ঙসি য়ুমদা।
যেঙোই, নোংদোন্ কাইনা শুল্ল-তিঙাবু ঙসি
লুৎ তৌগে অহাংবদা।
যেংউ ইশিং ইপোম্গী কোঙ্গোল মপৈসি
চেনশিল্লি নোক্না মুমিত্তা ঙসি,
ঙসি থবক শুদানা খোংছুনা বাঁশি
লেন্‌খিনি মতম খোগোৎ।

১

## আনন্দেরই সাগর থেকে

হুন্ডাইবমক্কী ইপাক্তগী
লাক্লে ঙসি ইরাও'মা।
নৌ পাইহ্না হৌজিক্ ফম্থরো ময়াম্,
হোল্লুনে খ্বাইনা হি-মা।
পোংলুম্ পুম্বা কোক্থোন্ নাসি
লাম্নবা ভৌনি অরাবৈ হি-সি,
ইথক্তা তোংহ্না ফংনি চাংজৌসি
চংকে চংগ্রসন্ন য়াইবি-মা।
হুন্ডাইবমক্কী ইপাক্তগী
লাক্লে ঙসি ইরাও'মা।
কনানো কৌরিবা তুংলোমদগী
কনানবু থিংলি,
অকিবৈ রা কনানা হাই ঙসি
কিবা লৈ খোংপা থংনরি।
করি শাপ্পা করি গ্রহদোষনা
হুন্ডাইবৈ হিদা লৈগনি ফমহ্না,
পালগী থৌরি পাইনি কন্না
চংনি শক্লা ইশৈ'মা।
হুন্ডাইবমক্কী ইপাক্তগী
লাক্লে ঙসি ইরাও'মা।

১০

## তোমার সোনার থালায় সাজাব আজ

নহাক্কী সনাগী পুখমৃদা শেমৃজগে ওসি
অরাবগী পি-পরেং।
অপোকপীও লেংজগে নহাক্কী
নওক্কী মুক্তাগী পরেং।
মুমিৎ থানা নখোংদা লৈবি
লৈ-পরেং শানা কোইনা যেৎলি,
নহাক্কী থবাক্তা ফজনি ঐহাক্কী
অরাবৈ লৈতেং পরেং।

শেল ফৌ চেং নহাক্কী লম্নি,
কদৌননি 'ছ হাইখো।
পিনিংল পিয়ু মাতু ঐঙোন্দা
লৌনিংলগনু লৌখো।
অরাবদি ঐগী যুমগী পোৎনি,
অশেংবা মণিনি নংদি থংইনি—
নংগী থৌজাল পিছনা মাতু লৈথিনি
'সিনি পোংইবা ঐগী ইরেং।

আমরা বেঁধেছি কাশের গুচ্ছ, আমরা

ঐখোয়না খেঙ্গবি ল্লোমলাংখী মাচোম ঐখোইনা
শিঙ্গারৈ পরেং লেংবনি।
অনৌবা পোম্বকপা ক্বোঙ্গী ময়োল্লা
পোৎকৎ-থানা পুরক্কনি।
লাকপিঙ্গু লাংবনু-লৈথা, নহাক্কী
'ঙৌবা লৈচিলু লোলাইদা,
লাকউ ন্নুনা শংবা লম্বীদা,
লাও শেংনা শংদৈ ঙাম্লে তগুপ, তরেংমান্‌
উমং চিংন্নুং মাম্বুংদা।
লাকউ ন্নুংগুম্বা খেন্নুনা থম্বাল চামনিপান্‌
ইংল লিক্লা তৈবন্নুনি।
অকেনবা মালতী মরক্তা
কক্কম থারবা মৌচিকপা কুন্দা
থল্লবা গজা মপান্দা।
কোইরি কাওনা মশা তিংথোক্কবা
নংগী নথোং খুয়াদা।
অওংবা তান থোকহন্নু নহাক্কী
মনাগী বৌন্না মরিদা
মেংনা খুম্বা মথোক্তা,
নোক-খেন্নিবা হুয় চেম্বরক্কনি
ল্লহাকী পি-ইরাদা।
হেক্-হেক্ লৈরগা শাপ্ মণি অমা
লান্নুবন্নু শমুক্তিমমাদা,

হৌরাজীনমক নৌঙ্গাঙ্গবিঙ্গা
নোকৃহনুবিষুরে পুঙ্গিবা—
মনা ওঙ্গথিগনি রাথল অপুন্বা,
মঙ্গা ভাহোরকনি।

১২

## লেগেছে অমল ধবল পালে

য়েররি মক্তুবা অঙৌবা পাল্‌দা
তপ্পা হুম্লিবা নামিবা।
উখিত্রি কদৌঙৈদা উখিত্রি
অঙুম্বা লায়-হিবু হোনুবা।
করম্বা ইপাক্‌ রাংমদৈ পুরকই
করি অরাপ্পগী লন্‌।
ভাওথখিনিংই পুক্নিং ইরন্‌;
তোর্বান সিদা হুপ্লেক্তুনা চৎনিংই
অপাম্বা পুম্বা অফংবা পুম্বা।
তুংলোম্‌দা শিম্বরি নোংনা জিরি জিরি,
গুরুং গুরুং খোংলি নোংলৈ,
মাইদা য়ৈরৈ লাক্তুনা তুমিৎকী মঙান্‌
লৈচিন অহোবা মরক্তে।
হে হিরানৃবিরিবা, নং কনানো, কনাই
নোকপা কপ্পগী লম্বো।
পুক্নিংদা খনবা খোক্তেনো,
করি স্বরদা ওংসি পানুমগে ষেম্ব
করি মঙ্গ শকপবা।

[illegible]

ঐহাকী মিং-মিবু [illegible] লাক্লে।

ঐনা থম্মোই হাংবদা করিনো অমা উরম্লে।

শিল্লারৈ মথোং মনাক্ মনাক্তা

অকেন্নব নৈ চবুন্ মরক্তা

লিক্লানা চোংপা নাপীথক্তা

ঙা-ঙ্রানবা মখোংনা নেংলে

মিং-সিবু শুমংপা লাক্লে।

মঙাল মরুমগী ফিজিন্থনা

চোইনা তারি উমং খুদিংদা

নৈশিংনা মশক্ অহু য়েংহনা

করি ৱানো ঙাংনৈ মবুক্তা।

ঐখোইনা ওক্চগনি নহাকপু,

হাংদোক্উ নমাই মাইথুমহনবু,

নৈচিন্না কুপ্নিবা অহুমখৈচবু

ইম্মোকউ নখুৎ অনিনা, থিল্লে—

মিং-সিবু শুমংপা লাক্লে।

উমং লাইরেম্বীই খোংজিন্ খোংজিন্দা

তারি অরুম্বা মোইবুং খোজেল্,

অতিয়া-বীনাগী মরি খুদিংদা

খোংলি নং লাক্পগী পাওজেল।

সনাগী নুপুর খোংলি কদাইদা,

ওইরমাল্লে ঐগী থম্মোই নুংদা,

ৱাখল পুন্নদা, থবক পুন্নদা,

নুং-লেংহনবা খোইহি হৈখিরে—

মিং-সিবু শুমংপা লাক্লে।

[illegible]

[illegible]

অপোকপী, নহাক্কী ঙুংশি-হৈবা নখোংঙ্
উজরে ঙসি কোয়ৌহনবগী মঙাল ওইনা।
পলেম্ ও, নহাক্কী শিব-কাওহন্বা নপাওঙ্
অচিকপা অভিয়াদা শিন্নরে লোম্ন-লোম্না।

নহাকপু থুরুমজরি ভাইবং লম্পাক্-মাইদা,
নহাকপু থুরুমজরি পুন্সিই থবক পুন্দা;
পুক্নিং হকচাং মন্, পুক্নমক কৎচরিয়ে ঙসি
ভক্তি শেংদোক্নবা নংগী পুজাই থুপা।
অপোকপী নহাক্কী ঙুংশি-হৈবা নখোংঙ্
উজরে ঙসি কোয়ৌহনবগী মঙাল ওইনা

## জগৎ জুড়ে উদার সুরে

জগৎ শিন্না অতিংবা খোন্দা
খোং-লাওরি সুভাই ইশৈদা,
ইশৈন্থু কদৌঙৈ খোঞ্জেল্ লুম্না
পানুগনি থম্মোই য়াইদা।

সুংশিং ইশিং আকাশ অঙানব
ময়াম্থু কদৌঙৈ ঙম্নি সুংশিবা,
থম্মোই-সভা থন্না ময়াম্ পুন্না
ফম্নি মখল্ মথেল্ ফিজেত্তা।

ইমিং অনি কদৌঙৈ পাংত্থনা
থরাইসি পেঞ্জগনি,
চংখি চংখিবা লম্বী খুদিংদা
খাইবু পেল্হন্ন চংকনি।

নং লৈরি হাইবা রাসিদবু
পুন্সিসিদা ফাওনি কদৌঙৈবু—
নং-নমিংনা কদৌঙৈ মথন্দা
নিম্নি থবক পুম্বদা।

## ১৬

### মেঘের পরে মেঘ জমেছে,

লৈচিনগী ভুংদা লৈচিল্লা পৈরে,
অমম্বা লাক্লে ভম্না—
ঐবু করিগী ফম্‌হল্লিবগে
ইথন্দা থোংজিন্ নক্লা।

থবক্কী মুমিত্তা থবক্তা
লৈ মী মন্নাম তিনবা মবক্তা
ঙসিদি ঐ ফম্‌ত্থনা লৈবি
নহাক্কী আশাদা।
ঐবু করিগী ফম্‌হল্লিবগে
ইথন্দা থোংজিন্ নক্লা।

নহাক্না উহন্‌বিদ্রবদি
ঐবু থওইত্রবদি,
করম্ হাইনা লেনগনি ঐহাক্কী
নোং-হুংশিৎ-নংবা মতমদি।

অল্লাপ্পা ভম্না মিৎ প্যাংলগা
অম্বুন্নদা লৈ ঐ য়েংলগা,
ঐহাক্কী থরাইনা কপ্প-কপ্পা কোই
শাথিবা মুংশিত্তা।
ঐবু করিগী ফম্‌হল্লিবগে
ইথন্দা থোংজিন্ নক্লা।

## কোথায় আলো, কোথায় ওরে আলো

কদাইনো মঙাল্, কদাইনো অঙানবা ।
কাঙ্গন-মৈনা চুরো মাবু থাঙ্লোগবা ।
নৈবি থাওমৈদি নৈতরে মৈরা,
সিবু লাইবক্তা ইবম্গদরা—
অসিদগীদি সিবনা হেন্নবু কৈ ।
থাইনা-মৈনা চুহনা থাঙ্গৎলো থাওমৈ ।

অরাবি-হৃতীনা শক্তি "ওহে প্রাণ,
নহাক্টীদমক তুমদবি ভগবান ।
অহিং থেংবা শুক্ল-মঙ্গদা
কৌরি নহাকপু প্রেম-অভিসারদা,
রাবা পিহনা ঙাকপি নংগী মান্ ।
নহাক্টীদমক তুম্দরি ভগবান ।"
অতিযা-মকোয় নৈচিন্না থন্না কুপ্লি,
নোংগী ইশিংনা শিন্থরি জিরি জিরি ।
মন্ন অহিংদা করি মরম্না
ঐগী থরাই ফিংনা হৌগত্তুনা
করিগীদমক শিনিংবা যৌনা রারি ।
নোংগী ইশিংনা শিন্থরি জিরি জিরি ।

নোংথাংনা ঙহাক্টীদমক্তা ঙালহল্লি,
অমুক্তা হেন্না মম্বা মিত্তা ওইহল্লি ।
থংদে কদাইদনো অরাঙ্গদা
শক্লক্লে ইশৈ অরুম্বা খোন্দা,

থরাই পুম্বনু লশীঙম্মা চিংথোক্লি ।
অমুক্ত-হেন্না মম্বা মিত্তা ওইহল্লি ।

কদাইনো মঙাল, কদাইদনো অঙাংবা ।
কাঙ্গৈন-মৈনা চুক্লো মাবু থাল্লোগবা ।
নোং থোংলি কন্না শিংলি হুংশিংনু,
মতম্ হেনগ্রবদি য়ারোই চৎপনু,
অচিকপা অহিংসি মমৎথরে শুক্-শুগুম্ ।
প্রেমগী থাওমৈ থাল্লো পিহুনা থরাইহুম্ ।

১৮

## আজি শ্রাবণ-ঘন-গহন-মোহে

ওসি ইওেন্‌গী মম্না ওকপদা ওাওনা
লোম্না থুপ্না নখোং অছু থাংলি
অহিংগী মতৌগুম্না য়া ওাংদনা
মযামগী মিয়েং থৈদোক্না লাক্লি।
অয়ুক ওসি উইশিন্‌খরে মমিৎ,
অরেম্বদা কোইনা কৌরি হুংশিং,
তুম্‌দবা অশংব অতিয়াশিন
কুংলবা লৈচিন কনানা শন্দোক্লি।

উচেক রায়া খোংত্রবা উমংদা,
য়ুম খুদিংমক থোং লোম্নববদা,
কনানো চৎলিবা নথন্দা
মী-চত্রবা লম্বী মথকসিদা।
নতোম্‌দা ওাইবা মরুপ, হা হুংশি,
হাংদোক্কুনা লৈরি ঐগী য়ুমসি,
মংদগুম্ লান্‌থিছনা ইমাংসি
হজেক্‌পিন্ন ঐবু থওইদানা।

১৯

## আষাঢ় সন্ধ্যা খন্নিজে ঐন,

ইভাগী য়াচংবা মম্‌শিল্লক্রে
    চংখয়ে হুংখিল্‌ চেম্না।
থাম্বা-য়াত্রবা নোংগী মরি
    শিম্বরি তপ্না-তপ্না।
    ইথন্দা ফম্‌হনা য়ুম-কাচিন্দা
    মণ্ডল-মণ্ডল খল্লি ইবুক্লিংদা,
    অহিংবা হুংশিংনা য়ুথীবন্দা
        চংখি করি রানো হাইনা।
    থাম্ব-য়াত্রবা নোংগী মরি
        শিম্বরি তপ্না তপ্না।

থম্মোইদা ঙসি ইথক্‌ ছোরক্রে,
    থিবা, ফংদে চাংজোবু।
হৈনম্‌-লৈনম্‌দা থরাই কপ্লক্রে
    চোংলে বনুগী লৈরাংবু।
    অমম্বা অহিংদা পুংজাশিংনা
    করি সুরন্দ্র-ঙসি পান্‌খত্তুনা,
    করি শোইবদা পুমকাও কাওহনা
        লৈরি থরাইসি রানা।
    থাম্বা য়াত্রবা নোংগী মরি
        শিম্বরি তপ্না-তপ্না।

১০

## আজি ঝড়ের রাতে তোমার অভিসার

ঙসি নোং-মংবা অহিংদা কোইনা খিরি নংবু
ঐহাক্কী মরূপ্‌লোই থরাইগী মপু।
আকাশনা তৌকম খংদনা কপ্‌লি
ঐগী মিত্তা তুম্লিংবা লৈতরি,
হে মুংশি-থোইবা, থোং হাংদোক্‌চবি,
য়েংজে হম্ন-হম্নবু।
ঐহাক্কী মকপ্‌লোই থরাইগী মপু।

মপান্দা করি অমতা উবা ফংদরি,
নং' লম্বী কদোম্‌দনো মাহুদা খল্লি।
লাপথ্রবা করি তুরেল্‌ মপান্দা,
করম্বা শোংথ্রবা উমং-যাইদা,
শুক্লবা করম্বা অমম্বদা
লাল্লিবগে নহাকপু।
ঐহাক্কী মকপ্‌লোই থরাইগী মপু।

২১

## জানি জানি কোন্ আদিকাল হতে

থংই থংই কুইরে থাইনতৈ অমদা
তাওথহন্‌খি ঐবু থরাইগী ইচেন্দা,
হেক্‌সু ইবুঙো, য়ুম কয়া লম্ কয়াদা
পিরম্মি থরাইদা কয়া হুঙাই-মনোক্।

কযারকসু লৈচিনগী মরুমদা নংনা
লেপ্লগা কয়ামুক্ হুংশিনা নোক্তুনা,
হুংশা মঙান্দা নখোং তিংথোক্তুনা,
পাইরম্মি লাইবক্তা কয়া যাইফ-খুংশোক।

পৈশিন্দুনা লৈরি ইমিৎ অসিদা
মতম্ মতম্‌দা লৈবাক্ লৈবাক্ কয়াদা
মখল্ কযাগী অনৌ 'নৌবা মঙান্দা
ঊথিবা শক্-নাইদবগী কয়া শক্লোন্।

যুগ কয়া কযাদা, থংদবে কনানা,
ফাওগংলক্লেনে থরাইসি থম্ন-থম্না
কয়া অরা-হুঙাইনা, হুংশি ইশৈনা
হৈথখিবা অমৃতগী রস্-খুজোক্।

### তুমি কেমন করে গান করে হে গুণী,

নংনা করম্না ইশৈ শক্লিবা হে গুন্-চেনবা,
ঐনা ঙক্না তারি গুরুদগী তাবা।
খোঞ্জেল্গী মঙাম্না তাইবং সরা সম্না,
খোঞ্জেল্গী ইনিম্না নোংদোন্ মাঙং হুম্না,
থুং ফাওদত্তুনা রানা কম্না চেম্না
খোঞ্জেল্গী তুরেল ওইনা চেম্বরক্লিবা।

পুক্লিংদা খল্লি অহুম্ তৌনা শক্কে,
ইখনাওসিদা স্থব থিবদি ফংদে।
করিনো হাইনিংই হাইগে তৌবা রানা পল্লি,
মাইথিবা কংহুনা ঐগী থরাইনা কপ্লি;
ঐবু নংনা করম্বা লাংদা তাহল্লি
মাইকৈ মবিমক্তা সুরগী লাং খাবা।

## ২৩

## অমন আড়াল দিয়ে লুকিয়ে গেলে

অহৎম্না মরুম্‌দা লোত্তুনা চৎকে হাইবা
য়ারোই য়ারোই।
হন্দকমুক্তি থম্মোই-হুংদা লোত্তুনা কম্মু
কনানসু থংলোই কনাসু হায়রোই।
তাইবংদা নংনা কেকু লোৎলি,
ঐনা অরাপ্পদা কয়া কোইরি,
হন্দক্তি হাইয়ু ঐগী পুক্লিংগী কাচিন্দা
ফাহল্লনি, লৌনম্নরোই।
মকমদা লোত্তুনা চৎকে হাইবা
য়ারোই য়ারোই।
থংই কল্লি থম্মোই অসি ঐহাক্কী
মতিক চাদে নংগী নখোং থম্বগী,
মরুপ, নহাক্কী ইনিনু য়েববদা থম্মোইদা
করম্নবু থরাইসি পেৎলোই।
লৈত্রগসু ঐহাক্না হোৎনজবা,
মরিক্‌ খিতং কংলবদি নং' কুপা
মিংন কুপ্পদা কবিগী লৈ শাৎলোইদগে
কবম্না তন্না মহৈ য়াল্লোই।
মরুম্‌দা লোত্তুনা চৎকে হাইবা
য়ারোই য়ারোই।

## যদি তোমার দেখা না পাই, প্রভু

নহাকপু উবা ফংদ্রবদি, ইবুঙো,
হন্দকী মপোকসিদা
নহাকপু উবা ফংজদ্রিদকো হাইবা
রাসি থনসমু পুক্তা।
কাওদবা ওইসমু, রাবা ফংবসি,
তুম্বদা মংলান্দা।

সংসারসিগী কৈথেন্দা
ঐহাকী মতম শাংনা হৌগ্রবদা,
ঐগী ইখুৎ অনিসি শেন্না পিক্-পিক্ থল্লবদা,
করিসু ফংবদি ওইদ্রিনে হাইবা
রাসি থনসমু পুক্তা।

কাওদবা ওইসমু, রাবা ফংবসি,
তুম্বদা মংলান্দা।

অতনবা লাইচুহ্না
ঐনা লম্বীথক্তা ফমহ্না,
উফুন্দা ফম্ থাহ্না তুম্লবদি চেক্শিন্না,
লম্বেল পুন্নমক্তি রাংহৌরিনে হাইবা
রাসি থনসমু পুক্তা।

কাওদবা ওইসমু, রাবা ফংবসি,
তুম্বদা মংলান্দা।

নোক্লিংমখৈ নোক্লগা,
য়ুমদা বাঁশি তোইনা খোংলগা,
য়ুমকৈবু য়াম্না নিংথিনা শেম্জিল শাজিল্লগা,
নহাকপু য়ুমদা পুরকপা ওইদে হাইবা
রাসি খন্‌সম্ন পুক্তা।
কাওদবা ওইসম্নু, রাবা ফংবসি,
তুম্বদা মংলাম্দা।

[illegible]

## হেন্নি অহনহ তোনাবী শিরুহ

উগ্নি ভস্তনা নহাকী থাইন-মৈচাক্
লম্-লম্ থুদিংমক্তা য়োরিদো।
শক কয়া লোহ্‌না উমংদা চিংদোম্দা
থক্তা সমুত্রদা লৈরিদো।

থরানমিচাক মশেল্ শাংল অহিং–চপ্পা—
তুমিন্ তুমিন্ লেপ্লি মমিৎ পাংন–পাংনা,
উনা থুদিংমক্তা ইঙেনগী নোংনা,
নংগী থাইন-মৈচাক য়েরিদো।

য়ুম য়ুম থুদিংদা ঙসি কয়া রানরি
নংগী অরাপ্পা থাইন-মৈচাক থাংনরি,
হুংশিনবা নিংনবা কয়াদা পাল্লি
অরা-হুঙাইদা থবক্তসুনেদো।

পুল্লি চুপ্পসিবু থোইদাহল্লহ্না
ইশৈ কয়া শক্ সুর কয়া পান্দুনা,
নংগী থাইন-মৈচাক্লা কারক্লে থন্না—
ঐগী থম্মোইদুংদসুনেদো।

১৬

## অমর নাইরে লেপে, মামক মম্না

অমুক্ মতম্ লৈতক্লেনে মমৃশিন্নক্লে
ভাইবংকানসি,
হৌজিক চংলসি হিদেন্ তান্না মনাকুন্দু
ইশিং শোকৃসি।
ইশিং ইচেনগী রাই-রাই খোন্দা
য়াচং-অভিয়ানা ভাওব্রবদা,
আদা কৌরি ঐহাকৃপু লম্বী মথক্তা
রাই-রাই খোনৃসি।
চংলসি হিদেন তান্না মনাবুন্দু
ইশিং শোকৃসি।
হৌজিক মী-চত্ত লম্বীদা তৌদে কনাস্ত
চখোক চংশিন্—
মুংশিনবৈ তুরেন্দা হৌরে ইথকৃস্ল,
অঙাওবা মুংশিং।
থংদরে অমুক হনখিগদরা,
কন্নাগা ভসি থংনগদৌরিবা,
হিন্দেন্দা শকৃ-থংদবহু বীনা খোংলিবরা
স্তোংলি হ্রি-সি।
চংলসি হিদেন্ তান্না মনাবুন্দু
ইশিং শোকৃসি।

[illegible]

## [illegible]

ওসি হৌজিং তাশি জর জর

নোংমা থনুথরে।

আকাশ কাইরে অঙাওবা ইশিং

হাবা ওমদরে।

শালৈ উমংনা মতেক্ মতেক্

নোং-সুংশিংনা হাইহল্লি হেক্ হেক্,

ইশিংনা চেম্বল্লি মথেক্ মথেক্

লৌবুক্ থুম্থরে।

ওসি কৌচিনগী জটা হাইহনা কনানো

জগোই শাগংলে।

ইহে, নোং—লক্তা চেনখ্রে ঐগী পুক্নিং,

নোং-সুংশিংনা লৌখ্রে,

ইবুঙ্কে পাৈথ ঐগী ইথক্তা

কনাই মখোংদা তাখ্রে।

থসুংদা ওসি কয়া লাংলিবা,

খোং খুদিংদা লৈমতরে অথিংবা,

থম্মোই-সুংদা ফৌগংলে অঙাওবা,

থরান-থা লাকৈ।

ওসি সুম্না চাওরিবসি কনানো

ইমুং মপাল্লা ওরে।

**প্রভু, তোম্মা লাক্লি আতেম আতেম ;**

ইবুংঙো, নংগীদমক মিৎলি পাংই ;
উজবা ফংদরি
লম্বী থিরি,
মাহুম্ভ পুক্নিংদা হুঙাই।
থোংদা উকুম্না ফমত্থনা
ভিখারি থম্মোইনা তোম্মা
মহাক্কী থৌজালবু নিই।
থৌজালদি ফংদরি
চুম্মা নিরি,
মাহুম্ভ পুক্নিংদা হুঙাই।
ঙসি তাইবং ময়াইসিদা
হুঙাইবা থবক কয়াদা
ময়ামদি চৎথ্রে মাংদা থাই।
ইপাবুং ফংদরি
নংবু থিরি,
মাহুম্ভ পুক্নিংদা হুঙাই।
মাইকৈ পুম্বা থোইহি চেল্লি
শংনানবা পৃথ্বি ভাওরি
পুক্নিং হুংওম্না কপ্পশাই।
উবদি ফংদরি
য়াবা ফংলি
মাহুম্ভ পুক্নিংদা হুঙাই।

**থলে জলে আছি জড়ায়ে হায়,**

শেম্নে মীনে সিনা য়েত্তুনা লৈখি,
নংনদি খংই, পুক্লিংনা নংবু থিবি ।
থন্নুংদা লৈবি, মী-মবুক-খংবা—
ঐবুদি নংনা হেন্না ঐবু খংবিবা—
অরা-মুঙাই পুম্বদা কাওথোক্লি
খংউ ঐ-পুক্লিংনদি নংবু থিবি ।

থাদোকপা ঙমদ্রি ঐ-হাইবা নাপলবু
কোক্তা কোইনা পুরি রানা মহাকপু
থাদোকপা ঙম্নবদি হিংজদোবি—
নংনা খংই পুক্লিংনা নংবু থিবি ।

কদৌঙৈ লৈজরি-পুম্বা ঐহাক্কী
লৌবিগনি নখুৎমক্লা নহাক্কী
লোইনা থাদোক্কে, খোৎপা নঙোন্দা ফংদৌবি,
মওন্ মওন্ পুক্লিংদা নংবু থিবি ।

## এই তো তোমার প্রেম, ওগো

'সিনি নহাক্না হুংশিবদি, কো,
থম্মোইবু হৃরিবা,
আদা ঙনাদা মঙান্না শাত্নে
সনাহিংবু-মানৃবা।
অসি য়েংঙ্ভ হুঙাইনা আমোনৃচন্না
নোংদোন্ থক্তা তাওনা চৎলি লৈচিন্না,
হকচাংদা পিরি হুংশিং অসিনা
অমৃত-খিক্থবা—
'সিনি নহাক্না হুংশিবদি, কো,
থম্মোইবু হৃরিবা।
অয়ুকী মঙাস ইচেল্দা ঐহাকী—
মিং তাওথখরে।
নহাকী হুংশি নপাওথোলহু—
থরাইদা য়োরে।
নহাকী নমাইহু নোম্বরি,
নমাইদা ঐগী মিং তারুরি,
ঐগী থম্মোইনা ঙসি ফংজরি
নংগী নথোং শোকপা।

৪৯

## আমি যেথায় থাকি শুধু

ঐনা সিদা লৈরি শুরুগী
শরুবা নংগী ইশৈদং,
পিয়ু নহাক্কী জগৎসভাদা
ঐগী মফম্ থরমখৈদং ।

ঐসি নহাক্কী তাইবং ময়াইদা
চন্নদ্রে করিগুম্বা থবক্তা,
শুরুদগী ঙংলি ইশৈদা
চন্নদ্রবা থন্নাইসিদং ।

অহিংদা অচিকপা লাইশংদা
নহাকপু নিংজরিঙৈ,
ঐঙোন্দা নযাথং পিবিবদাই
শরুনবা ইশৈ ।

অয়ুক্তা আকাশ পুম্বা শিন্না
খোংবদা নিংথিবা সুরদা বীনা
মাত্নদা লাপ্না লৈতবা ঐনা
পিবিয়ু ইজৎসিদং ।

ওঁ

## দাও হে আমার ভয় ভেঙে দাও

কোক্‌হল্লু ঐগী অকিবা কোক্‌হনৃবিয়ু।
ঐঙোন্‌লোম্‌দা নমাই ওনৃশিনৃবিয়ু।

তুংলোমদগী থংবা ঙম্‌দবি,
কদোমদা কবিনো উরি,
নংদি থম্মোইদা হুণ্ডাইবিরি,
থম্মোইবোমদা নোক্না য়েংবিয়ু।

হাইয়ু ঐঙোন্দা হাইয়ুনে রা,
ঐহাক্কী হকচাংদা পাইবিয়ু।
যেৎ-থংবা নখুৎ তিংথোক্তুনা
ঐহাক্‌পু নংনা লৌখৎপিয়ু।

অথংবা পুম্বা লাম্না থংডম্মে,
অথিবা পুম্বা লাম্না থিরম্মে—
নোক্‌পা কপ্পনা ওইদরে,
মাংদা লাক্তুনা অবানবা চুম্বিয়ু।

৩৩

## আবার এরা ঘিরেছে মোর মন

অমুক মথোইসিনা ক্কোইরে ঐগী পুক্লিং ।
কৈনো নাম্বরে অমুক মিত্তা কুপ্‌কেনিং ।

অত্তুগা রারি রাতাই কয়াসু লাক্লে,
ঐগী থম্মোইনা মাইগৈ মরি কোইরক্লে,
মৈচাক অমুক অসুম-অসুম হেনগৎলক্লে,
অমুকসু তৌই শ্রীচরন্দু মাংখিনিং ।

নংগী অচিকপা রাহৈ থম্মোই-মুংদা
মাংদবা ওইসনু মীনা নিল্‌খোংবদা ।

ময়ামগী মরক্তা ঐগী নাক্তা লৈয়ু,
ঐহাকপু মতমপুম্বা নংনা কুপ্পিয়ু,
ভত্তনা ঐহাক্কী রাখন্দা থম্বিয়ু
পাক্লবা মরোল-অহুম্ মঙাম্না-থম্নিং ।

## আমার মিলন লাগি তুমি

ঐহাক্কা উনগে হাইনা নংনা
লাকখি কদৌঙৈদৈনা ।

নহাক্কী হুমিং থানা নহাক্পু
কদাইদা থম্মি কুপ্পুনা ।
মতম কয়াগী অভনুবা য়াচংবদা
নংগী নখোং খোঞ্জেল তারবদা,
লোন্না থুপ্না হুতিনা থম্মোইদা
চৎশ্রে ঐবু কৌহুনা ।

হা লংফৈ-চৎপা ঙসিদি ঐহাক্কী
থরাইপুম্বা শিনুবা থুংনা
অমুক-মুক হেক্-হেক্ হয়াওবনা
হৌগৎলে নিক্ক নিক্কা ।

ঙসিদি মতম লাকপগুম তৌরে,
ঐগী নৈরম্বা থবক লোইখরে—
হা নিংথৌরেন্, মালংবম্ হুম্রে
নংগী ননম্ তৈহুনা ।

ওঁ

## এসো হে, এসো, সজল ঘন

লাক্ওনে লাকও ইশিংনা থন্না
মোংজাও খিক্থরকপদা —
নংগী পাক্ল শংল সুংশিবদা
লাক্ওনে পুন্সি অসিদা ।

লাকও চিংদোন্-রাংব চুপ্লত্থনা
উমং রামং উকন্না কুপ্তুনা—
লাকওনে নংনা অতিয়া ফুন্না
মন্নুং-ফাওনা ঙংবদা ।

অরাবা উৎলি কদম্ উমংনা
মত্থু-চুংলবা লৈদা ।
ইচাও হেন্গৎলক্লি রাই-রাই কপ্পা
তুবেল্ ইন্নুং-ইন্নুংদা ।

লাকওনে লাকও থম্মোই থল্হন্বা,
লাকওনে লাকও খৌরাং-কোক্হন্বা,
লাকওনে লাকও মিৎ ইং-হন-ঙম্বা,
কুংনা লাক্লো পুক্লিংদা ।

পারবি-মা কি যোগ দিত্তে এই ছন্দে রে,

ওম্‌দৌরিবরা তিনূবা ছন্দসিদা, হানে,
কেন্দুনা তাবগী তাওথবগী
থুগাইবগী মুঙাইবদনে।

নাকোংহ্না তার্দবিবরা সে
মাইকৈ মবি নোংদোন মকোইদা
অশিবৈ বীনা খোংলি করি সুরদা
মুমিৎ-থরানমিচাক-থানে
মৈ থাঙ্গৎলক্লে কোইনা চেন্দুনা
চাকখৎপগী মুঙাইবদনে।

অঙাও-চুহনূবা ইশৈগী তাল্দা
কনানা খংনি চেল্লি কদাইদা,
হন্না য়েংলক্তে তুং-ওন্দুনা
য়াদে ফাবা পুনূবদনে
মুন্দুনা চৎপা চেন্না চৎপগী
চৎপতগী মুঙাইবদনে।

নেৎপদা মুঙাইবা নখোংহ্না
জগোইদা ভাওই ঋতু তরুক্কা,
পৃথ্বি থুম্‌হল্লি ইচাওগুম্না
ওকৃচ-ইশৈ মনম্‌দনে
হন্দোক্লবগী থাদোক্লবগী
শিনবগী মুঙাইবদনে।

৩১

## নিরাশ সুপন ছুটল রে এই

অহিংগী মংলান্‌চান্‌ চেন্‌খরে নে অসে
চেন্‌খরেদো।
তংখরে অপুন্‌বা তংখরেদো।
লুম্‌শিন্‌বা লৈত্রে অমুক থরাইবু
মপান্‌ চেঙ্খোরক্লে তাইবং তান্নবু,
থম্মোই থম্বাল চামনিপাল লোইন
মনাশিং শাকাইরক্লে নে অসে
শাকাইবেদো।

মমৈদা ঐগী থোং থুদেক্কুনা
লেপ্পরেসে মশানা লাক্কুনা
মিংকী পিদা তাওখরে থম্মোইসে
থুযা-থাদা ওল্লবেদো।

অতিয়াদৈ অযুক্কী মঙাম্না
মথুৎ তিংথোরকই ঐঙোন্‌ তম্না,
ঐগী অকাইবা কৈশুম্‌শং থোংদা
জয়ধ্বনি ফাওবক্লেনে অসে
ফাওরক্লেদো।

৪৮

## শরতে আজ কোন্ অতিথি

লাংবন্দা ঙসি কনা অতিথি
লাক্লে থরাইগী থোংদা।
মুঙাইবা ইশৈ শকউ নে থম্মোই
মুঙাই ইশৈ শকউদা।

অশংবা অতিয়াগী অচিকপা রা
লিক্লানা পি-ওইবা অরাবা
খোংজমহু ঙসিদি নহাক্কী
বীনাই মরি খুদিংদা।

মহে-মরোংগী অথুম্বা ইশৈদা
য়াওশিন্নু ঙসি মান্নবা তান্দা,
তাওহল্লু মুর অথনবা তুরেনগী
নৈদবা ইচেন্দুদা।

শক্ অতু লাক্লিবসিনিনা
চিংনা য়েংউনে য়াম্না পেম্না,
খোং হাংদোক্লুনা মাগা লোইননা
চৎখরোনে মপান্দা।

## হেথা যে গান গাইতে আসা আমার

'সিদা শক্কে নিংথৌনা লাকপা ইশৈ ঐহাক্না
ওইদরে ইশৈ অত্থু শকপা—
ঙসিস্থু	শুরুগী স্বরদমক শেম্মি ঐনা
চুম্নগী ইশৈদং শক্লিংবা।
ঐহাক্কী	সুবত্থু চান্নদবি ঐহাক্না
শাজিন্দবি শৈরেংসু,
চুম্না	থরাইগী মত্থুংসিদদা লৈরি
ইশৈগী অরাবত্থু।
ঙসিস্থু	শাকাইদবি লৈ অত্ত, চুম্না
ঙ্খুংশিং অমদংনা শিংপা।
ঐনা	উদরি মহাক্কী মশক, ঐনা
তাদরি মাগী মরাস্থু,
চুম্নগী	তাই মরক্ মবক্তা মহাক্কী
মখোংগী খোঞ্জেল অত্থু।
ঐহাক্কী	থোংজাওগী মমাংদা মহাক্ অত্থুনা
হঙ্গৎ-হন্দাদ চৎপা।
চুম্না	ফিদাদমক থাবা লোইবি ঐনা
ঙ্খুংথিল চুপ্পা চংবনি—
য়ুমদা	থাওমৈদি থাদহৌদবে, মহাক্‌পু
করম হাইনা কৌগনি।
লৈরি ফংলক্নি খন্দুনা, মাবু
ওইদরেনে ঐহাক্না ফংবা।

## যা হারিয়ে যায় তা আগলে বসে

মাংথ্রবা পোত্তো অহুতবু কোন্দুনা
নৈথিনি কয়া কুইনা।
অমুক ঙমদ্রে অহিং যাইরেকপা হা ইবুঙো,
রাখল্ তৌবা তত্তনা।
নৈরি অহিং হুংথিল চুপ্না
ঐহাক্কী থোংজাও থিংহনা,
চংনিংলকপা মীহুবু চিংনহনা
তাম্থোকই হন্ন-হন্না।

অহনা কনাস্তু লাক্রবেনে
ঐ ইতোম্-ঙাইব য়ুমদা।
নহাক্কী মুঙাইববা তাইবংবান্না
শান্নরিদো মপান্দা।
নংস্তু লম্বী থিবা ফংদ্রমান্নে,
লাক্ল-লাক্লগা হল্লমান্নে,
থমগে নিংথহু নৈয়ু হাইবা য়াদে—
তিন্নখ্রে উফুল ওইনা।

## এই মলিন বস্ত্র ছাড়তে হবে

ফি অমোৎপা অসি থাদোকপা তারে
হোংবা তারে হন্দক্তি—
ঐগী মোৎলবা ঐ-হাইবা নাপলসি।
নিংথিল থবক্তা উফুল্ তৈ
য়াম্না মচু থিনা মোৎনা নৈ,
অসুম্না চাক্তুনতা লৈরে
রারেনে খাংবসি।
ঐগী মোৎলবা ঐ-হাইবা নাপলসি।

হৌজিক্তি থবক লোইশিল্লক্লেদো
হুমিৎনা লোইরবদা,
ওইরক্লে মহাক্না লাকপা মতম্
আশা পোক্লে থরাইদা।
ইক-মাইতা থোক্লুবো হৌজিক্তি,
অপাম্-হুংশি ফিজেৎ শেৎচিল্লসি,
য়াচং উমংদগী লৈ হেক্তুনা
লৈগী পবেং লেংলসি।
লাকওসে, লৈরক্তরে অমুক মতমসি।

৫২

## গায়ে আমার পুলক লাগে

হকচাংদা ঐগী তুজুংবা পোক্লে
মমৃশিল্লক্লে ইমিৎসি—
থম্মোইদা ঐগী কনানা পুল্লি
অঙাংবা রাশক কিসি ।
ঙসিদি অত্তিবা মকোইদা
ইশিং কংফান হৈদা লৈদা
কয়াদনো পুক্লিং হুবিবসি,
পেৎহল্লে ঐ' পুক্লিংসি ।

ঐহাক্লা করম্না শান্নখিবা
ঙসি নংগা লোইননা
ফংলবা হাইহুবা থিবিবরা
থংবা ঙমদে পুক্লিংনা ।
ঙসি মুংঙাইরিবা কবিগীনো
কপ্প কপ্পিংই ইমিং পি-তানা,
খাইন-মৈনা ঙসি খোইহি ওইনা
থলহল্লেনে থল্লাইসি ।

৪৩

## প্রভু, আজি তোমার দক্ষিণ হাত

ইবুঙো, ঙসি নংগী যেৎ থংবা খুত্তু
থম্মু কুপ্তুনা ।
লাক্লি নঙোন্দা, ইবুঙো পুনগে
রাশকী লংনা ।

নংগী নখুত্তা পুল্লবদি
পুন্‌শিন্নগনি ময়ামগদি
লৈরি লৈবিবা মী অমতত্তু
লৈরোই লেম্‌হ্নুনা ।

ঙসিদি লৈতবেনে খেন্নবা
ঐগী মীগীদা
নহাকপু উই অমতমক ওইবা
মঙুং মপান্দা ।

নহাকা শেৎন-কাইনরগা
কোইনা চৎলি কপ্ল-কপ্লগা
ঙাইহাক্তুংগী কোক্রবা মাহ্
নংবু কৌহ্নুনা ।

## জগতে আনন্দযজ্ঞে আমার নিমন্ত্রণ।

তাইবংগী মুংঙাইবা-যজ্ঞদা ঐবু বার্ত্তণ তৌবা।
মহৈ য়াম্লে মহৈ য়াম্লে মীওইন পোক্লকপা।
ঐহাক্কী ইমিংসি শক্কী কৈখেন্দ্রা
কোইনা পেন্নবা য়েংলি অকোইবদা,
ঐগী ইনাকোং নিংথিবা মুবদা
লুপগ্রে তাবা।

নহাক্কী যজ্ঞদা থবক শিন্নৈ,
খোংলি ঐহাক্না বাঁশি।
ইশৈ ওইনা লেংহুনা কোইবি
থরাইনা নোক-খেথিবশিং।

মতম ওইরবা হৌজিকপু
সভাদা চংলগা য়েংগে নংবু
জয়ধ্বনি লাওবা তাখিগে
'সিদনি ঐনা নিবা।

৪৫

## আলোয় আলোকময় ক'রে হে

মঙাল্লা পুম্ঙাল্-পুম্ঙাল্ ঙালহল্লে নে
মঙাল্গী মঙাল্ লাক্লে ।
ঐহাক্কী ইমিত্তগী অমম্বা
কোক্হল্লে কোক্হল্লে ।

আকাশ অপুম্বা পৃথিবী পুম্বা
মুঙাইবা মিনোক্লা থনবা,
মিৎনা যেংথি য়েংথিবা মাইকৈদা
ফরে খোগোৎপা ফবে ।

নহাক্কী মঙাল্লা উগী উন্যাদা
জগোই শাহল্লি থরাইবু ।
নংগী মঙাল্লা উচেক্কী মহুমদা
শক্হল্লকই ইশৈবু ।

নংগী নঙান্দুনা মুংশিনা
তারৈ ঐগী ইশাদা লাক্তনা,
ঐগী থম্মোই লুববা খুৎনা
নাল্লবে নাল্লরে ।

## আমনতলের মাটির 'পরে লুটিয়ে রব।

ফিদা মখাগী লৈপাকথক্তা ওন্-থোইহনা লৈজগে।
নহাক্কী খুয়াগী উফুন্না উকুন-রাইফুন তৈশিন্গে।
করিগী ঐবু সেম্হন্দুনা লাপ্না থম্বিরিবকো,
পুন্সি অসিমা অসুম্না তৌনা কাওবিগনুকো,
থওইদনা চিংশিল্লু নখোং য়োৎজগে।
নহাক্কী খুয়াগী উফুন্না উফুন্ রাইফুন্ তৈশিন্গে।

ঐ লৈজগে নহাক্কী যাত্রিক্শিংগী মতুংদা,
মফম পিবিয়ু ঐহাক্পু নংনা খাইগী মখাদা।
থৌজাল ফংগে চেন্শিল্লকই মী কয়ানা,
ঐদি কবিস্থ অমতা নিরোই লৈগে য়েংহনা—
খাইগী তুংদা লেম্হৌবা লৈহৌবা অহুদা লোগে।
নহাক্কী খুযাগী উফুন্না উফুন্ রাইফুন্ তৈশিন্গে।

## ৪৭

## রূপসাগরে ডুব দিয়েছি

শক্তি ইপাক্তা ইরূপসুরেনে
শক্-নাইদ মনি ফংগে নিংহ্না।
হিদেন্ হিদেন্দা কোইররোই অমুক
ঐগী মল্লবা হি তাওথহন্দুনা।
হন্দকমুক্তি মতম ওইববা মাল্লে
ইথক্লা রৈবা পুম্বা লেপগ্রবা মাল্লে
হন্দক্তি অমৃত মথাদা চংহ্না
শিরগা লৈরগে শিদানা।

নাকোংনা তাবা ফংত্রবা ইশৈ
মতহ্না নিত্তিগী শকপা মফমদা
থরাইগী বীনা পুহ্না চৎকে
মথা-লৈত্তবগী সভাহ্‌দা।
মতম কুইনগী সুর শেমহ্না
মাগী ইশৈ পোল্লোইদা কপ্পুনা
রাঙাংদবা মাগী থোংদা থমগে
অচিকপা বীনা পাইহন্দুনা।

## আকাশতলে উঠল ফুটে

অতিয়ামকোইদা শাকাইরক্লে
মঙালগী থম্বাল ।
লৈ-মযোল্শিংহু মথোন্ মথোন্দা
শন্দোরক্লে মাইকৈ খুদিংদা,
কুপ্‌শিন্‌খরেনে অমম্বগী
কুংনা মুববা ইপাল ।
মযাইহুদা সনাগী উপু লৈ
মাহুদা হুঙাইনা ফম্মি ঐ—
ঐগী অকোইবদা শন্দোবক্লে
মঙালগী থম্বাল ।
অকাশদা ইথক হৌহল্লি
হুংশিৎনা হুম্না শিংলি ।
মাইকৈ মবিদা ইশৈ শকৎলি,
কোইন-কোইনা থরাই জগোই শাবি,
আকাশ-থন্‌বা শউমহুনা
হকচাংপুম্বা যৈবি !
থরাই ইপাক্‌সিদা ইরুপ্তুনা
লৌরি থরাইবু ইবুক থম্না,
হন্ন-হন্না ঐহাকপু কোইবি
হুংশিৎনা হুম্না শিংলি ।
মাইকৈ তরাদা ফিজি থাহুনা
মকম পিরি লৈবাক-লৈমনা ।
মকম খুদিংদা লৈবা জীবশিংবু
কৌরকই মহাক্না খোগোৎপবু,

ময়াম্গী খুত্তা ময়াম্গী শাদা
মেনবিল্লি চাক্ মহাক্লা ।
ইশৈনে মনম্নে থম্লে পুক্লিং,
ফম্‌হুনা লৈবি যৌন মুঙাইনিং,
ঐগী অকোইবদা ফিজি থাতুনা
মক্ষম পিরি লৈরাক-লৈমনা ।
মঙাল, নংবু খুকম্‌জে, ঐহাক্কী
কোক্‌খ্রসন্নু লংজবা ।
লাইবক্তা হাপ্পিয়ু ঐহাক্কী
ইপাগী কুবি-মপাও ।
মালংবা, নংবু খুকমজে, ঐহাক্কী
কোক্‌খ্রসন্নু অরাবা ।
হকচাংপুম্বা শিনথুংনা তৈবিয়ু
ইপাগী কুবি-মপাও ।
লৈয়াক-লৈমা, নংবু খুরুমজে, ঐগী
থুংহল্লু নিংবা পুম্বা ।
য়ুম থন্না মহৈ যাল্লসন্নু
ইপাগী কুবি-মপাও ।

## হেথায় তিনি কোল পেতেছেন

অসিদা মানা মফম কন্নরেসে
ঐখোইগী য়ুম অসিদা।
মহাক্কী ফম্ফম শেম্‌শাবিয়ু ভাই
পুক্লিংনা পাম্বা মওংদা।
ইশৈ শক্লা পুক্লিং মুডাইনা
কম্বোকউ উফুল্‌ ময়াম।
চেক্‌শিন্না খোমহ্নুনা হুন্দোকখো
অমোং অকাই ময়াম
ইশিং চাইহনা থম্মু লৈশিংহ
হাপ্পু লৈ-হাপ্‌ফম্‌দা—
মহাক্কী ফম্ফম শেম-শাবিয়ু ভাই
পুক্লিংনা পাম্বা মওংদা।
অহিং হুংথিন্দা লৈবিরি মানা
ঐখোইগী য়ুম অসিদা,
অয়ুক ঙস্তা মহাক্কী মিনোক্লা
চেম্বরকই মঙাম্দা।
অয়ুক ঙস্তা হেক্‌ হোগৎপগা
মিৎ পাংহনা য়েংই,
মানা পেম্না য়েংহনা লৈরি
ঐখোইনা উবা ফংই।
মহাক্কী মাইথোং মকা ফনবনা
থল্লে য়ুম পুন্নদা।
অয়ুক ঙস্তা মহাক্কী মিনোক্লা
চেম্বরকই মঙাম্দা।

মথন্দা মহাক্না ফমৃত্না লৈ
ঐখোই যুম অসিদা,
ঐখোইনা করিগুম্বা মফমদা
থবক্তা চৎলিডৈদা।
খোংজাও তান্না মহাক্না ঐখোইবু
চিংত্না থিন্দোকই—
মুঙাইনা ঐখোইনা চেল্লি লম্বীদা
মুঙাইনা ইশৈ শকৃই।
মুংথিলগী মমৈদা হল্লকপদা
থবক-লোইর তুংদা,
উই, মানা মথন্দা ফমত্না লৈ
ঐখোইগী যুম্ অসিদা।
মহাক্না মিশেং খাংত্না লৈবি
ঐখোইগী যুম অসিদা,
ঐখোইনা রাখল ইয়াও-য়াওদনা
তুম্মিডৈ ফমুং-থক্তা।
তাইবংদা কনানা উবা ফংদে
অবোংপা মাগী থাওমৈ,
ফিজিনা শন্দোক্না খজিন্দুনা
অহিং চুপ্পা ভান্না লৈ।
তুম্মিডৈ মন্নুংদা মং কযানা
চৎলি হঙ্গৎ-হন্দা,
অমম্বদা নোকই মহাক্না
ঐখোইগী যুম্ অসিদা।

৫০

## নিভৃত প্রাণের দেবতা

অচিক্‌পা থরাইগী লাইনা
মথন্দা ফমত্‌না লৈবা,
ভক্ত, মফমত্‌দা হাংঙু থোং
ঙসি ফংগে মাবু উবা।

সুমিংচুপ্পমক মপান্দবু
থিবি কোইন-কোইনা কনাবু,
সন্ধ্যা যাচংবৈ আরতি
লোইদ্রি ঐহাক্না তম্বা।

নহাক্কী পুক্নিংগী মঙান্দা
থাঙ্গৎলো পুন্সি-থাওমৈবু,
হে পুজারি, ঙসি অচিক্‌পদা
শেম্‌গনি ঐগী হৈকক্‌পু।

তাইবং পুম্বনা নিংনরিবা
পুজাগী থাওমৈ থান্নরিবা
মফমত্‌দা ঐসু পাইগনি
অমতং অঙানবা মৈরা।

## কোন্ আলোতে প্রাণের প্রদীপ

কবম্বা মঙান্দা থরাইগী থাওমৈ
থান্দুনা নংনা তাইবংদা লাক্লি—
লাইনিংবও, সুংশি-চুববও,
অঙাওবা নংবো, তাইবংদা লাক্লি।

মপান্ নাইদবা তাইবংসিদা
অরাবা পাল্লি নংগী থরাইদা বীনা মখোন্দা।
শাথিবা খুদোংথিবদা
কবম্বা মমাগী মাইদা নোক্পা উত্থনা নোক্লি।

নংনা কনাবু থিত্থনা
সুঙাইবা পুম্বা মৈ চুত্থনা কোইবি খংনি কনানা।
অসুম্না রাহল্লত্থনা
নংনা সুংশিবা কনানা নংবু কপ্হল্লি।

নংগীদি অরাবা লৈতে করি—
কনানো নংগা লোইনবিসি মাত্থদা ঐনা থল্লি।
নংনা শিবা কাওত্থনা
কবম্বা চাওব থরাই-ইপাক্তা পেন্না তাওবি।

৫৮

**তুমি আমার আপন তুমি আছ আমার কাছে,**

নংদি ঐহাক্কী ইশানি, নংমা ঐহাক্কী নাক্তা লৈরে,
রা অসিদা হাইহন্‌বিয়ুনেকো হাইহন্‌বিয়ু ।
নহাক্কী মঙুংদা ঐগী পুন্সিগী সুগাইবা পুম্বা লৈরে,
রা অসিদা হাইহন্‌বিয়ুনেকো হাইহন্‌বিয়ু ।

ঐডোন্দা পিয়ুনে খোঙ্গেল্ অথুম্বা
ঐগী রাহৈ ওইহল্লু খোই-থুম্নবা—
ঐহাক্কী সুংশিখোইবা নংনি, রা অসিদা
হাইহন্‌বিয়ুনেকো হাইহন্‌বিয়ু ।

পাক্লবা আকাশ পৃথিবী
নহাক্তনা পুম্নমক্‌সি থন্‌বী,
ঐহাক্কী থম্মোইদগী রা অসিদা
হাইহনবিয়ুনেকো হাইহন্‌বিয়ু ।

রারবনি থংনা নাক্তা লাক্‌পি,
অতোন্‌বনি হাইনা সুংশিবি
ঐহাক্কী পিক্লবা চিন্দা রা অসিদা
হাইহন্‌বিয়ুনেকো হাইহন্‌বিয়ু ।

৫৩

## নামাও নামাও আমায় তোমার

তুহল্লু তুহল্লু ঐহাকপু নহাক্কী
নখোং-খুযাদা,
পেৎহল্লুনে পুক্লিং, তাওহল্লু পুন্সিসি
ইমিৎকী পিদা ।

ঐহাক ইথন্দা ঙাই নাপলগী
অরাংবা চিংদা—
মুংপাক্কী ফম্ফমহ্ উফুল্ ওইহল্লু
কন্না থুগাইবদা
তুহল্লু তুহল্লু ঐহাকপু নহাক্কী
নখোং-খুযাদা ।

কবিদা তৌগনি নাপল
অবেম্বা পুন্সিদা ।
অথনুবা য়ুম্ হাংলে ঐতা লৈ
নং লৈত্রবদা ।
মুংথিল্গী থবক লুপখবে ঐগী
লৈখা লৈতবদা,
সন্ধ্যা য়াচংবগী পুজাসিদি
তাহন্নু অরেম্বদা ।
তুহল্লু তুহল্লু ঐহাকপু নহাক্কী
নখোং-খুয়াদা ।

## আজি গন্ধবিধুর সমীরণে

ঙসি মনম্মা-ঙাওবা হুংশিংলক্কা
ঐনা কনা থিবা কোইরি বন খুদিংদা ।
ঙসি ফিংলবা 'শংবা নোংদোম্দা
ফিংনা কবিনো কপ্পিবা আদা ।
লাপথ্রবা লম অমদগী হুংশিথ্রবা ইশৈ
পাল্লে ঐগী রাখন্দা থবক্তা—
ঐনা থিরি কনাবু মহুংদা পুক্লিংদা
মনম্মা-ঙাওবা হুংশিংলক্কা ।

রাইদা খংদ্রে কবি হুঙাই-ইবাংদা
হৌবি খৌবাংবা পাখং হুঙাইবদা ।
ঙসি হৈনৌ মপাল মনম্দা
মনা অনৌবগী রাই-রাই খোম্দা
থা-মঙালগী খোইহিনা থল্লবা নোংদোম্দা
পিনা চোংলবা হুঙাইবদা
ঐনা তুজুংলকই কনানা শোকপদা
মনম্মা-ঙাওবা হুংশিংলক্কা ।

৫৫

## আজি বসন্ত জাগ্রত দ্বারে

ঙসি বসন্ত য়াকাইরে থোংজিন্দা।
নংগী মাইথুম্‌কুপ্পা ইকাইথিবা পুন্সিদা
থওইদবা ভৌম্নু মাঙোন্দা।

ঙসি হাংদোক্লো থম্মোই লায়ুম হাংদোক্লো
ঙসি কাওবো ঐগী মীগী হাইবা কাওবো
ইশৈনা নিল্লবা অতিয়াসিদা
নহাক্কী ননম্মা ইথক হৌহল্লু।
মপানগী তাইবংসিদা মাইকৈ খংদনা
চাইথোক্‌উ ফজবা মপৈ মপৈদা।

যাম্মা খম্‌-থেংনা রাবনা বনগী মনুংদা
ঙসি যৈরবে উনা উনা খুদিংদা—
অবাপ্পা নোংদোন্দা কনাগী লম্বী যেংনা
ঙসি তাবে মালেম্‌-লৈমা অরাবদা।

ঐগী থরাইদা মলযা ফুংশিং যৈববে,
থোং খুদিং থিন্দুনা কনাবু থিবক্লে,
মনম্মা ঙাওরবা অহিংসিনা
কনাই মখোংদা লৈমাইদা তুম্‌দানা লৈরে।
হে ফজবা, ইবুঙো, ফুংশিবা
নহাক্কা লুম্মা কৌরি কনাদা।

## তব সিংহাসনের আসন হতে

নংগী সিংহাসনগী ফম্ফম্নাংদগী
লাক্লে নং কুম্হুনা—
ঐগী মী-লৈতবা য়ুমগী থোংজিন মনাক্তা
লেপ্লবে নং ঙাইহুনা।
ইথন্দা ফমহুনা রাখল ভৌনা
শক্লম্মি ইশৈবু,
ননাকোংদা যৌথরে খোঞ্জেলহু,
লাক্লে নং কুমহুনা—
ঐগী মী-লৈতবা য়ুমগী থোংজিন্ মনাক্তা
লেপ্লবে নং ঙাইহুনা।
নহাক্কী সভাদা ইশৈনা কয়া
গুন্-চেন্বনা কয়া লৈ—
গুন্-লৈতবগী ইশৈসি ঙসি
যৈববে নংগী প্রেমদা
পাল্লে তাইবং-তান্গী মবক্তা
মুংশিবা স্বুর অমতং,
পাইহুনা হুক্ববা লৈ-পরেং
লাক্লে নং কুমহুনা—
ঐগী মী-লৈতবা য়ুমগী থোংজিন মনাক্তা
লেপ্লরে নং ঙাইহুনা।

## ৫৭

## তুমি এবার আমায় লহো হে নাথ, লহো

নংনা হন্দক্তি ঐহাক্পু লৌবো, ইবুঙো, লৌবো ।
হন্দক্তি নং হল্লক্নু কো—
থম্মোই মুন্দুনা লৌবগা লৈবো ।
চৎখিবা নোংমত্নু নং যাওদানা
পাম্দবে মত্নু অমুক্ হন্না,
উফুল ওনথ্রসনু ।
হৌজিক্তি নংগী নঙান্দা পুন্সি শন্দোক্তুনা
নিতিথুদিং যাইবেক্কোবা ।

কবি খন্দুনা কনাগী রাদা
কোইকুবেনে মযম্ খুদিংদা
লম্বীদা লমশাংদা,
হন্দক্তি থম্মোই নাক্তা নমাইত্নু থম্লগা
নংগী নশাগী ওইবা রা হাইবো ।

অমোৎপা কযা ওইদ কযা
হৌজিক্সু লেমত্নুনা লৈরি
পুক্লুংদা লোম্না—
ঐহাকপু মাত্নুগীদমক তাম্থোকপিবনু
মাত্নবু মৈনা থাদোক্খবো ।

## ৫৮

## জীবন যখন শুকাশে যায়

পুন্সিসিনা কংগ্রবা মতমহুদা
থৌজালগী ইচেন্দা লাক্পি ।
নি থিবা পুন্না লোৎগ্রবা মতম্দা
ইশৈ-খোইহি ওইনা লাক্পি ।

থবক্না চেৎনা অকন্বা মওংদা
মাইকৈ মবি ঙংহুনা কুপথ্রবদা
থম্মোই কাচিন্দা তুমিন্না ইবুঙো,
খোং-কাপ্ তপ্না লাক্পি ।

মশা মথন্দবু অবিবপা শাতুনা
কাচিন্দা লৈবদা অতোন্বা পুক্নিংনা
খোং হাংহুনা হে পুকচেল্ চাওবা ইবুঙো,
নিংথৌ-সন্পোৎ পুনা লাক্পি ।

অপাম্বনা উফুল পুম্নৈ তৈববদা
অপংববু মিৎ-তাংহন্না ঙাওহন্বদা
হে অশেংবা হে তুম্বিদ্রবা,
শাথিবা মঙান্দা লাক্পি ।

## এবার নীরব করে দাও হে তোমার

হন্দক্তি রা-ডাংদবা ওইহল্লো কো নহাক্কী
চিন্-কন্‌বা কবিবু,
মাগী থম্মোই বাঁশি নখুৎনা মুন্দুনা
খোংউ শাংথনবু ।
অহিং অথেংবগী অচিকপা স্নবদা
তান হাপ্পু মপুংফানা বাঁশিদা
তান অহুনা ঙকহল্-ঙাওহল্লু
গ্রহ-থাজবু ।

চাইথোক্কুনা লৈবা ঐগী পোৎশিং
পুন্সিনা লোইবদা
ইশৈনা চিংহুনা তিল্লসন্নু
নহাক্কী নখোংদা ।

হৃমিৎ কযানিগী রাহৈশিংনি
মিৎনা কুপ্পদা তাওথখিনি,
ইথন্দা ফম্মা বাঁশি তাগনি
পারবা 'মম্বদা ।

**বিশ্ব যখন নিদ্রামগন,**

তাইবংনা তুম্‌খুন-হুন্নবা কাল্‌
অতিঙানা মম্‌থ্রবা,
কনানা খোংই ঐগী বীনা মবিদ
অসুম্না ঙংইবা ।

মিত্তগী ভুম্বা মুন্‌খিহ্নুনা
হৌগত্তুনা ফম্মি তুম্‌দানা
মিৎ পাংত্নুনা যেংত্নুনা লৈ—
ফংদবে মাবু উবা ।

মুকম মুকম ঙংলহ্নুনা
হৌগৎলে থরাইচাক্লা,
খংদে কবম্বা অচৌবা রাহৈ
পুবক্লে অরাবা সুবনা ।

খংদরেনে করি রাহ্নুনা
থম্মোইসি থল্লে মিংকী পিনা,
শিজিন্‌বিথি নিংই কনাবু
ঐগী লিক পবেংসিনা ।

৬১

## সে যে পাশে এসে বসেছিল

মানা ননাক্ত লাক্তুনা কম্বদা
মিকপ্-থোক্তবি ।
কয়াবু কন্না তুম্মুরিবা,
লাইবক-থিরবি ।

লাক্লম্মি অচিকপা অহিংদা
পাইরম্মি বীনা মখুত্তা,
নমং মংভিঙৈ কান্দা খোংলম্লে
রাগিণী অকবি ।

হৌবগা উই খা-পাংবৈ মুংশিংনা
অঙাও চুহন্দুনা
মাগী মনম্না তাওহনা কোইরি
অমম্বা থল্‌হন্না ।
করিগী ঐগী অহিং হৌখবে,
নক্না ফংলম্লগা ফংখিদরে,
কবিগীনো মাগী লৈপরেংনা শোক্‌প
থবাক্ত থংদবি ।

## তোরা শুনিস্ নিকি শুনিস নি তার পায়ের ধ্বনি

নখোই তাদ্রিববা হা তাদ্রিববা মাগী মখোং খোঞ্জেলসি,
আদা লাকএ, লাকএ, লাকএ।
যুগ খুদিং মিকুপ, খুদিং অহিং হুংথিলমক্‌সি
মহাক্ লাকত্র, লাকএ, লাকএ।
ইশৈ কযাবু শক্লিঙৈ মতম্
মওন্-মওন্ খন্না অঙাওবগুম্
হুব পুন্ননক্তা তাক্লি মানা
লাকপৈ মখোল—
মহাক লাকএ, লাকএ, লাকএ।

যুগ কযাগী ফৈবেনগী হুংথিন্দা বনগী লম্বীদা
মাসে লাকই, লাকই, লাকই।
ইঙেন কয়াগী মম্ব-বক্তা লৈচিন্ দোল্লাইদা
মাসে লাকই, লাকই, লাকই।
অরাবা, য়াম্না হেন্না ৱাবদা
মাগী মখোংনা নেংলি পুক্তা,
হুঙাইনা করিগুম্বদা পিবি মানা
নান্‌বিববু।
মাসে লাকই, লাকই, লাকই।

## ৬৩

## মেনেছি, হার মেনেছি

য়াবেনে মাইথিবা য়াবে।
ইম্বোক্লবা হোৎনৈ নংবু কয়া
ঐনা ভত্তনা মাইথিরে।
ঐহাক্কী থম্মোই অতিযাদগী
মতিক লৈ নংবু কুপ্‌শিন্নবা কনাগী
য়ারোই মাহুদি শুকুয়ামক যাবোই
হন্ন-হন্নবু খংজবে।

হৌথ্রবা পুন্সিনা মমিগুম্না
চৎলি তুংইন্‌-তুংইন্না,
লৌনম্ কযাগী বাঁশি খোঞ্জেন্দা
কৌবি ঐবু অবেম্বদা।
মহাক্কা শেৎন কাইনববনি,
নংগী খুত্তা শিন্নজরবনি,
ঐগী পুন্সিদা হেক লৈবি পুম্বা
নংগী খোংদা পুজরক্লে।

## একটি একটি করে তোমার

অমমমৃতা মচা থাইনা নহাক্কী
হান্নৈ মরি লৌথোক্লো,
সেতার অসি নৌনা অমুক্ শেগ্লো।
লোইখরে হুংথিলগী শান্নবা
ফন্নবনি যাচংবৈ সভা,
অরোইবা সুব খোংগদবা মীতু
ঙাকপা মতম ওইশিল্লক্লে—
সেতার অসি নৌনা অমুক্ শেগ্লো।

নহাক্কী খোংজাওসি হাংদোকপিয়ুকো,
অমম্বা আকাশবোমদা,
মবোল তরেংকী অচিক্পনা
লাক্সনু নহাক্কী য়ুমদা।
নহালমথৈ শক্লকপা ইশৈতু
লোইবা ওইবসনু ঙসিদি মাতু,
যন্ত্রসি নহাক্কী যন্ত্রনি
হাইবা রাসিমক কাওবো।
সেতাব অসি নৌনা অমুক্ শেগ্লো।

**কবে আমি বাহির হলেম তোমারই গান গেয়ে—**

কয়া কুইরে ঐনা মপাল থোরকপা নংগী ইশৈ শক্তুনা
মাহ্ন ঙসিগী নত্তেদা ঙসি নত্তে।

কাওখরে কদৌঙৈদৈনো লৈরিবা নংবু য়েংহুনা—
মাহ্ন ঙসিগী নত্তেদা ঙসিগী নত্তে।
ইফুৎনা মপান্দা চেম্পোবকপদা,
খংদে মানা তম্লিবা কনাদা,
মতৌ অহুম্না চেম্পোবক্লম্মি
পুম্সি ইচেন পুহুনা—
মাহ্ন ঙসিগী নত্তেদা ঙসিগী নত্তে।

নমিং কয়া থোন্দুনা কৌবে,
নশক কযা অমসু শাবে,
করি পেন্দুনা চংলি কৈদনো
মফম্দি খংদানা—
মাহ্ন ঙসিগী নত্তেদা ঙসিগী নত্তে।

শিঙেল্ লৈরাংনা মঙাল্ পামহুনা
খংদানা অহিং লেল্লি য়াকাইনা,
মতৌ অহুগুম্ নংগী আশাদা ঐগী
থম্মোই লৈবি তাহুনা—
মাহ্ন ঙসিগী নত্তেদা ঙসিগী নত্তে।

৬৬

## তোমার প্রেম যে বইতে পারি

নহাক্কী প্রেমবু পুবা ঙম্‌গনি
হাইবা লৈতে ইতিক।
সংসাবসিদা নংগা ঐগগী
মবক-খন্না নতিক
নখৌজাল উত্তুনা থম্বিরি
যান্না চাওনা লাপ্পবা--
অন্না-মুঙাইগী শম্বল ময়াম
মী-শেল্-চাওখোকপা।
মরুমদগী মবক মরক্তা
শামিন ওইনা উহল্লি–
অমুবা লৈচিনগী অহাংবদা
মুমিৎ মঙান লাকই।

পাঙল্ পিববা মীদো পুনবা
পোৎলুম্ অচৌবা প্রেমগী
য়ুখল পুন্নমক পুন্নোই লোইনা
লৌথোকপিয়ু মহাক্কী।
থম্বিগন্নু মাগী য়ুম্‌বু খঙ্জিন্দুনা,
থম্বিগন্নু মাগী শেল্,
লম্বীদা পুমতেং তেংথোক্তুনা
ওইহল্লু মাবু মীরেম্।

লৈত্রসনু মাগী অরেম্বা অচোম্বা
ইকাই-ইকি পুন্নমক—
নথন্না মাগী অপুম্বা ওইয়ু
তাইবংপান পুন্নমক ।
অসুম তৌনা মাইয়োক্লনা
মাংদা নহাক্না লৈবা,
ওকুগী নহাক্তদা থরাই
পুম্ থম্ হেক থম্বা,
থৌজালসি ফজববা মীদো
লৈত্রে মাগী পান্থম্—
অপাম্বা পুম্বা থাদোক্লে মানা
পিনবা নংগী নফম্ ।

## সুন্দর, তুমি এসেছিলে আজ প্রাতে

ফজবা, নংনা লাক্লম্মি ঙসি অযুক্তা
মুংশামচুগী পারিজাৎ পাইদুনা নখুত্তা ।
তুম্নম্মি থুঙ্গং লৈবমদরি মী লম্বীদা,
নথল্দা চৎখি নহাক্কী সনাগী দোলাইদা—
অমুক্তং লেপ্পগা ঐহাক্কী মিহুৎ-থোং পাংনা
যেংশিনবিবম্মি নংগী থৌজাল-হৈবা মিযেংদা ।
ফজবা, নংনা লাক্লম্মি ঙসি অযুক্তা ।

ঐহাক্কী মংদো থল্লম্মি করি মনম্মনো,
ইমুং অমম্বনা নিকৃখি কবি মুংঙাইবননো,
উফুন্দা তাবা মখোল্ থোক্তবা ঐগী বীনা
মখোল্ থোক্লে থোংলুদনা কৈননো যৈবদা

কযারক ঐনা থল্লম্মি হৌগৎ হৌগত্তুনা,
লম্বীদা থোক্কে চেন্দুনা তনুবা থাদোক্তুনা,
হৌগৎলকপা মতম্ অত্তুদদি চংগ্রে নংদি—
ওইদ্রে থল্লে উন্নবা নংগা ঐগা হন্দক্তা ।
ফজবা, নংনা লাক্লম্মি ঙসি অযুক্তা ।

৩৮

## আমার খেলা যখন ছিল তোমার সনে

ঐহাক্না নংগা লোইননা শান্নরিঙৈ মতমদা
নং কনানো হাইবা কনানা খংখি ।
মতমদু কিবা লৈতে, লৈতে ইকাইবা পুক্লিংদা
পুন্সিসিনা ইফিং-ফিংনা চেন্‌খি ।

নহাক্না অয়ুক্ ওস্তাদা কৌরকই কযাবক্
শাবদুনা ঐগী চান্নবা মকপমক্,
নোক-খেরদুনা নংগা লোইননা চেন্-চোংলম্মি
হুমিত্তু উমং-রামং কযা য়োখি ।
যেংডোই, হুমিত্তুদা নংনা শরুম্বা ইশৈশিংদো
মাদুগী অর্থবু কনানা খংখি ।
চুম্না ঐ' থরাইনা মাদুগা লোইননা শকৃখিদো
থম্মোইনা ইফিং-ফিংনা জগোই শাখি ।

শান্নবা খংলোই লোইরবদা ওসি করি উই—
লেংদ্রে আকাশ, চিক্না লৈবি থা-হুমিং,
নহাক্কী নখোং পাংনা মমিং নোম্বদুনা
তাইবংনা মথন্দা তোপ্না লেপ্‌খি ।

## ঐ রে তরী দিল খুলে।

ছি অসি থাদোক্লরনি।
নংগী পোৎ কনানা পুবিনি।
চৎকে থল্লবদি মাংদা থাহ্না
লৈবসন্থ ভুং-থংবা শোথহ্না,
ননমংগন্দা পুগে থল্লবদি
নথন্দা তোর্ব্বান্দা লৈহৌবনি।

যুমগী পোৎয়োম চিংন-চিংনা
হিদেন্দা থম্লরে পুরক্লনা,
অহ্না নহাক তোইনা-তোইনা
হন্‌বা তারে কাওরম্মনি।

কৌ হি-হোনবব্‌ অমুক্তা কৌবকউ
নহাক্কী পোৎযোমসি তাওথগ্রসন্থ,
পুন্সি অঁসি তেংনা হৈদোক্লুনা
মাগী খুয়াদা শিন্নগদবনি।

৭০

## চিত্ত আমার হারালো আজ

থম্মোই ঐহাক্তী মাংখরে ওসি
লৈচিনগী ময়াইমক্তা,
কৈদনো চেনখরে মহাক্লা
কনানা থংনি কদাইদা।

নোংখাংনা মাগী বীনা মবিদা
য়ৈরি হন্না-হন্না খাকৃপদা,
থম্মোই মন্নুংদা বজ্র খোংই
অচৌবা তাম্দা।

মপুন্ মপুন্ লুম্না লুম্না
মম্বা মরক্তা চিক্লা শংনা
য়েংশিল্লরে ঐগী হকচাং
শন্দোক্লে থল্লাইদা।

অঙাওবা মুংশিং জগোইদা ভাওবে
ঐহাক্তী লোইনবা মরুপ ওইরে,
খেক্লা-নোক্লা চেল্লি কৈদা মানা
য়াদে খাম্বদা।

## ৭৬

### ঙ-গো মৌন, মা মদি কও

হা রা-ডাহদরা, ডাংজ্রবদি
নরা হাইজ্রেদনা।
পুক্ ফুম্না খাংগে ঐহাক্না
ছুমিন্-লৈবা নহাক্না।

লেংদানা লৈগনি ভাছনা
অহিংনা লৈবা মতৌগুম্না
থাল্লগা গিংকুপ্তবা থরানমিচাক্
খাংব-কম্না নোল্লুক্না।

ওইনি ওইনি অয়ুক ওইগনি,
অমম্বা কোকথিগনি।
নংগী নপাওগী সনাগী মন্নি
নোংদোন্ ফাওনা তারক্কনি।
মতমহুদা ঐগী উচেক্কী মহম্‌দা
থোক্কদবা ইশৈ নহাক্কী লোন্দা।
নহাক্কী তান্দা শাৎহনুগদবা লৈ
ঐ' উবি-রারি পুম্বনা।

এৱা

## মতমার আলো অসমাতে চাই

কয়াবক হন্না মৈ থাঙ্‌থকে হোংলৈ
মুংখি মতম্ খুদিংমক্তা ।
ঐহাক্কী পুন্সিদা নহাক্কী কম্ফম্ থাই
য়ৌন-মমগ্রবদা ।

মক কংহ্নুনা লৈরিবা উরি অসে—
পোম্‌দমক্ পোম্মি লৈদি শাৎতে,
ঐগী পুন্সিদা নংগী সেবাদা ওইরি
অরাবগী খুদোম্দা ।

পূজাই মিংচৎ পুণ্য-লন্‌গৈ
যাওদে কবিস্নু অমত্তা—
নংগী পূজারিসি লাক্লে শেত্তুনা
চোপ্প তোপ্প ফিজ্জেত্তা ।

মাগী উৎসবত্তা লাকপিদে কনাস্নু
বাঁশিস্নু খোংদে, শেমজিন্দে য়ুমস্নু—
কপ্তুনা নহাকপু পুবক্লে কৌহ্নুনা
অতেকপা লাইশংসিদা ।

## সবা হত্তে স্বাধব তোমায়

ময়ামদগী থন্নবা নহাকপু
খজ্জিন্দুনবু
অসুম্বা পূজাগী কা কৈদা ফংনি
ঐগী য়ুম্‌দবু ।

ঐহাক্কী অহিং মুংথিন্দা
ঐহাক্কা ময়াম তিন্নরিঙৈদা
চান্‌বিহুনা ফাহল্লরবদি
থম্মি ফাহুনবু ।

ইজ্জৎ পিবা ভস্বা ইজ্জৎ-লৈবা মী
নত্তে ঐহাক্তি,
পূজা তৌনবা নংবু ইবুঙো
লৈত্তে পোৎচংদি ।

শেংলবদি নংবু মুংশিবসি
মথন্দা খোংজরক্কনি বাঁশি,
মথন্দা শাৎচরক্কনি লৈশিং
উমং থন্নবু ।

## বজে তোমার বাজে বাঁশি,

বজ্রদা নংগী খোংলি বাঁশি,
ইচম্ চম্মি ইশৈদো।
সুরহূদা হোৌগৎনবা ঐনা
পিনবিয়ু ইনাকোংদো।

কাওররোই অমুক থওইদবদা,
ঙাওরক্কনি পুক্লিং থরাইহুদা
অশিব-রক্তা থুপ্পা লৈবা
লোইনাইদবা থরাইদো।

নোং হৃংশিত্তু থাংজগে মুঙাইনা
থম্মোই বীনা মবিদা
সমুদ্রতবেৎ মাইকৈত্তরা
জগোই শাহল্লু ঙংবদা।

পোথাবদগী চিংথোকপিয়ু
অরুবহূদা ঐবু পুবিয়ু
অরাংবৈ থল্লুংদা, মাহুদা লৈ
অইংবা অচৌবদো।

৭৫

## অম্মা দিত্রে হবে গো মোর

থৌজালদগী ওইগনি ঐগী
পুন্সিবু চাম্বা
নত্রবদি ঙম্নরোই নহাক্কী
নথোংবু শোক্‌পা ।

নঙোন্দা কৎপদা পূজাই পোৎলম্
চোংথোরকই অমোৎপা কযামরুম্
ঐগী থরাইনা ঙমদরে অতুনা
খোংদা থেংবা ।

অম্নক কুইবদি লৈরমদে ঐগী
কবি রাবা,
হকচাং পুম্বদা তৈরম্মি
য়াম্না মোৎপা ।

ঙসি অঙৌবা নতম্বাক্তুগী
য়ানা কপ্লে থম্মোইসি ঐগী,
তৌহল্লগনু তৌহল্লনুনে
উকুন্দা হিপ্পা ।

## সভা যখন ভাঙবে তখন

মযাম্ ফম্বা লোইরম্দাই মতম্দা
অরোইবা ইশৈছ্ শকখিসিরা ।
মতমত্নদা খোঞ্জেল্ শিখিত্নুনা
শক্-যেংনত্নুনা লৈগদরা ।

হৌজিক্-ফাও লাক্তবি স্নুবত্ন
খংদে যাগত্রা পানবা বাগিনীছ্—
নুংশি-মৈচাক্না নোংজাবি তান্দা
যাচং-নোংদোন্‌বু কুপ্পগদরা ?

অস্নুক কুইনা শেম্জরকপা স্নুর
অহিং নুংথিল ইবুক্নিং-নুংদা
লাইবক ফত্নুনা হোৎনজবত্ন
লোইরবদি পুন্সি অসিমদা—

পুন্সিগী মপুং-ফাবা রাঙাং
পুক্নিং উমংগী থম্বাল লৈবাং
তাওহন্‌গনি পোল্লোই ইপাক্তান্না
চেল্হন্দুনা তাইবং ইশৈ ইরা ।

৭৭

## চিরজনমের বেদনা,

পুন্সিহেক চুপ্পগী অরাবা,
মানি পুন্সিচুপ্পগী হোৎনজবা,
চাকথৎলসন্থু নহাক্কী মৈ অসিনা,
থৌজালবিগন্থু অশোনবনি হাইহুনা
মৈশা যাম্না ফৎলগা খাংবন্থু পাম্মি—
উৎ ওইনা চাকসন্থু অপাম্বা ।

অশোইবা লৈত্রবা মীকৌ অন্থদা কৌ
কান্নদে অমুক থেংহুনা ।
থবাক্তা যেৎলিবা অপুনবা অসি
তাসন্থু তুংদা তত্তুনা ।

ঙংন-ঙংনা মোইবুংসিনা নহাক্কী
কন্ন-কন্না খোঙ্গৎলসন্থু হন্দক্তী,
নাপল্ তেক্তুনা তুম্বা কাইহুনা
হৌসন্থু রাখল্ অকনবা ।

## তুমি যখন গান গাইতে বল'

নংনা ইশৈ শকউ হাইরকপা অদুদা
নাপল্লা থনৃগৎলকই ঐগী পুক্তা,
ঐগী ইমিৎ অনিসি পি তাগদৌই
মিৎ কুপ্তানা য়েংবদা নংগী নমাইদা

কনৃবা খাবা লৈবা পুম্বা ঐ' থরাইদা
পেথনিংই অমৃতগুম্বা ইশৈদা,
ঐনা হোৎনজবা নিংজবা পুম্বা
পাইখিনিংই কোম্না উচেক্কী মতৌদা।

পেনৃবি নংনা ঐগী ইশৈ বাগদা,
হুভাইবা ফংই নং হুভাইবা ফংইদা,
খংই ঐনা ইশৈসিগী মতেংদগী
ফম্লিবনি নহাক্কী নমাংদা।

পুক্লিং পিহ্না মনাক য়োবা যাদবন্থ
ইশৈ' মতেংনা শোক্চবা ফংলে মখোংত্ত,
হুবগী মবক্তা ইশাবু কাওথোক্ই—
মরুপ হাইনা কৌই ঐ' ইবুঙোদা।

## থাক্ যেন মোর সকল ভালবাসা

চেনশিন্‌গুম তৌরি ঐগী হুংশিবা অপুম্বা
ইবুঙো, নংগী মাইকৈদা, নংগী মাইকৈ, নংগী মাইকৈদা।
চংশিন্‌বগুম তৌবি অকুবা আশা পুম্বা
ইবুঙো, নংগী নাকোংদা, নংগী নাকোংদা, নংগী নাকোংদা।

ঐগী থম্মোইনা লৈকবা মফমতুদা
খুম্বগুম তৌবি মানা নংনা কৌবদা,
অপুন্‌বা অপুম্বা তংখিবগুম তৌরে
ইবুঙো, নংনা চিংবদা, নংনা চিংবদা, নংনা চিংবদা।

মপান্‌গী অনিবা পোৎনা থল্ল খাওসি
হন্দক্তি পুম্‌তেং তেংনা হৈদোক্লে মাসি,
ঐগী থমুংসি খংহৌদনা থন্‌খবে
ইবুঙো, নংনা পিবদা, নংনা পিবদা, নংনা পিবদা।

হে ঐগী মরূপ, থম্মোই-হুংদা-লৈবা,
পুন্সিসিগী ফজবা অপুম্বা
পুন্নমক ওসি হুব পাল্লসহু
ইবুঙো, নংগী ইশৈদা, নংগী ইশৈদা নংগী ইশৈদা।

৮০

## তারা দিনের বেলা এসেছিল

মখোইনা মুংখিল মতমদা লাক্লম্মি
ঐহাক্কী য়ুমদা—
হাইবম্মি, মচি অমদা
লৈজগে খিত্তা।

হাইবম্মি, লাইগী সেবাদা
ঐখোই কান্ননি নত্তেং পাংবদা—
অফংবা প্রসাদী খব লৌগে
পূজাই মতুংদা।

অসুম্না তৌনা লাইব-লৈতবা
মোৎলা ফিজেত্তা
যাম্না চিংননা কাচিন অমদা
লৈববে হেক্তা।

অহিংদা উরে, কনখৎলক্লে
ঐহাক্কী লাইশংদা চংখবে,
অমোৎপা মখুৎনা লাই-কৎপ পোৎ
হেক হুবানখিদা।

৮১

## তারা তোমার নামে বাটের মাঝে

মখোইনা নহাক্কী মিংদা লম্বী মযাইদা
মাস্থল লৌখি ফাহ্বুনা,
উরে কোম্না হিদেন য়োরবদা
লৈত্রে লিকোল অমা ফাওনা।

মখোইনা নংগী থবক হাইজিল্লগা
মাংহল্লেনে শেলগা থল্লাইগা,
লৈজবা খরত্থ ঐহাক্কী
লৌথোক্‌খি হুরান্দুনা।

ঙসিদি ঐ খংজবে মখোই
মাইখুম-উপ্পা কাংবুনি,
মখোইস্থ ঐহাকপু খংখবেদো
ইপাঙ্গল লৈতবনি।

থাদোক্লে অত্থনা অবোনবা মূর্তি
করিমতা লৈতে ইকাই ইকি
লেপ্লে ঙসি মকোক থাঙ্গত্তুনা
লম্বীবু থিংলত্থুনা।

## ৮২

### এই জোৎস্নারাতে জাগে আমার প্রাণ;

৻'দলগী অহিংসিদা হৌবে থরাই ঐগী ;
ননাক্তা ঙসি মফম্ লৈগত্রা ঐগী ।
উবা ফংগত্রা নিংথিবা নশক্ অতু,
য়েংতুনা লৈনি লাংতক্লনা থম্মোইস্নু,
হন্না-হন্না নখোংদা কোইন-কোইনা
লৈগদরা পিন-থন্বা ইশৈ ঐগী ?

থৌনা ফনা নহাক্কী নখোং-খুযাদা
ইশাবু থমদ্রি ঙসি পুমকৎ কখোক্পদা,
তাতুনা লৈবি লৈবাক্তা মাই থমতুনা
হন্বিরক্লদবা কিজৈ দান অসি ঐগী ।

নহাক্কা পাইতুনা ঐগী খুৎপু
লাক্কুনা হাইববদি হৌগৎনবা ঐবু
থরাইগী ঙমখৈ-লৈতবা লাইববা
কোক্লনি ঙাইহাক্তা মিৎন-কুপ্পগী ।

## কথা ছিল এক-তরীতে কেবল তুমি আমি

ৱা হাইনখি হি-অমদা ঙৄপ্পা নংগা ঐগতনি
চৎকদবা মবম লৈতনা তাওনা সুম্ তাওনা ;
মবোল অহুমদা কনাসু খংলোই তীর্থ-চৎপা ঐখোই'নি
কবি দেশদা কদাইদা চৎলি, করি কৌই কদাইনা ।

মপাল্ মাংগ্রবা সমুদ্র ইযাই অতুদা
তাহনগনি ইশৈ নথন্দে ননাকোংদা,
ইথক্কী মতৌগুম্ ৱাহৈন-ফাব যাওদ্রবা
ঐহাক্কী বাগিণীদু তাগনি তুমিন্না নোক্লা ।

ঙসিবু মাতুগী মতম ওইদ্রিবরা, থবক ৱাংলিববা ।
যেঙোই য়াচংবসে লাক্লে ইপাক্ মপান্দা ।
শাম্লবা মঙান্দা মশা ফন্না সিন্ধু ৱাংমগী চেক্লা
লোইনবু হল্লক্লেসে মাগী মাগী মহুম্-য়াইদা ।

কদৌঙৈদা নহাক হিদেন্দা লাক্কনি
পুল্লিবা অসিবু ককৃথৎপিরগনি ।
তাববা হুমিৎকী অরোইবা মঙালগুম্না
হিনা নোংয়াইদা চৎকনি মাইকৈ-খৎদানা ।

## ৮৪

### আমার একলা ঘরের আড়াল ভেঙে

ঐগী ইথম্না ঙাইবা য়ুমগী পন্ থুদেক্তুনা
পাক্ল তাইবংদা
থম্নাইগী দোলাইদা মপান্ থোকপা
ঙম্নি কদৌঙৈদা।
অকন্‌বা প্রেম্‌না ময়াম মবক্তা
হল্লকনি চেন্না থবকশিংদা,
কৈথেনগী লম্বীদা নহাক্কবু
উনগনিদা।
থম্নাইগী দোলাইদা মপান্ থোকপা
ঙম্নি কদৌঙৈদা।
চাওখ্রবা অনিং-অপাম্না থনবা
অরা-মুঙাইদা
চোংথনুা মাগী ইথক চৈয়ে
থাংনি থবাক্তা।
অফ-ফত্তবে যৈরকপা চৈনাদা
হৌগৎকনি নহাক্কী নবুক্তা,
তাগনি নপাও তাইবং মীয়ামগী
নিন্‌খোংবদা।
থম্নাইগী দোলাইদা মপান্ থোকপা
ঙম্নি কদৌঙৈদা।

৮৫

## একা আমি ফিরব না আর

ইথন্দা ঐহাক চৎলরোই অমুক্
অশ্বুম্না তৌনা—
ইবুঙ্গিংগী কাচিন কোয়াদা
অপংবা চুনা।

নহাকপু ইথন্দনা পাম্বোম্না কোন্দুনা
কোইশিল্লুবদা পিক্শিল্হন্না
ইশা ইথম্ভবু পুনশিঞ্জরি
ইশাগী কিশিনা।

ঐনা নহাকপু ফংবা মতমদা
মীয়াম্-লক্ত-ওইনা
মতমত্তুদা থম্মোইদা ফাওনি
থম্মোই-নিংথৌনা।

থম্মোইসিদি ঐগী লৈখোক্লুম্বদনি
মাত্নুদা শাৎপা তাইবং থম্বালনি—
মাত্নুনা মপুং ফানা শাৎপা
উজগে ঐনা।

৮৩

## আমারে যদি জাগালে আজি, নাথ,

ঐবু হৌদোক্লবদি ইবুঙো, ঙসি
হল্লক্ হৌরক হল্লক্, পিয়ু
থৌজাল্গী মিৎযেং-লিচিং।
অস্থুকপা উমংগী উশাথক্তা
ইঙাগী নোং তারি খুদক্তা,
লৈচিন নোংফাইবক্তা আমোন্চল্লা
তুম্থহনা লৈরি অহিং।
হল্লক্ নং হল্লক্কো পিয়ু
থৌজাল্গী মিৎযেং-লিচিং।

পোত্থাদ্রবা নোংথাংনা থাকপদা
তুম্লিংদ্রবা থল্লাইনা
নোং জুথাগী নোংগী মখোন্দা
হৌবি ইশৈ শক্লিংনা।
থম্মোইনা ঐগী মিৎকী ইপিদা
মপাল্লোম্ থোরক্লে অমম্বদা,
আকাশনা থিবি রানা কল্লা
মথুৎ অনিবু তিং।
হল্লক্ নং হল্লক্কো পিয়ু
থৌজাল্গী মিৎযেং-লিচিং।

৮৭

## ছিন্ন ক'রে লও হে মোরে,

থদত্তুনা লৌবিয়ু ঐবু
তৌরন্থু অমুক থিনুবা।
উফুন্দা কেম্মোকখিগদরা
মাদুগী পোক্‌ই অকিবা।
লৈ অসি নহাক্কী লৈ-পরেংদা
খংদে চনুখিদরা হাপচিনুবদা,
অত্থবু নংনা থেংবত্থদি মাগী
লাইবক্তা ওইসন্থু লৈবা।
থদৎপিয়ু থদৎপিয়ু
তৌবন্থু অমুক্ থিনুবা।

খংহৌবোই লোইখিবা হুংখিলগী মতম্
অমম্বা লাক্কনি মম্না,
কদৌডৈ নহাক্কী পুজাগী মতম্
হৌখিনি খংহৌদানা।
মচু খজিক্তুংদং লৈরিবৈদা
মবুক থল্লে মনম্‌গা খোইহিগদা,
নংগী সেবাদা লৌবিয়ু 'হুমখে
ওইরিডৈ মতম্ চাবা।
থদৎপিয়ু, থদৎপিয়ু,
তৌরন্থু অমুক্ থিনবা।

## ৮৮

## চাইগো আমি তোমারে চাই

পাম্মিনে ঐনা নহাক্পু পাম্মি
নহাকপু ঐনা পাম্মি—
ম্না অম্মিদা তত্তনা পুক্লিংদা
হাইদুনা লৈবা পাম্মি।

অপাম্বা অতৈগীদমক্তা
কোইরুববু অহিং-মুংথিন্দা
খোংপা অয়েম্বা গুইরম্মেকো,
নহাকপু ঐনা পাম্মি।

অহিংনা লোত্তুনা থম্বগুম্
মঙাল্লা হাইজবসি—
খম্থেংনা শুমহৎপ-চুরবসু
নহাক্পু ঐনা পাম্মি।

নোং-মুশিংনা শান্তি থুগাইরবসু
নোং-মুংশিং মথল্লাইনদি শান্তি পাম্মি
অচুগুম্বা ঐনা নংবু য়েন্নবসু
নহাক্পু ঐনা পাম্মি।

৮৭

## আমার এ প্রেম নয় তো ভীরু

ঐহাক্কী প্রেমসিদি নত্তে মীকিথি,
নত্তে মহাক্তি শোঙ্গু,
চুম্না হেক্তা ৱাবে হাইদুনা
তাগত্রা মিৎকী পিস্নু।

ইংন থুম্বা হুঙাই নিংথিবদা
প্রেমবু কবিগী লুপশিল্লি তুম্বদা।

মানা হাইবি তাইবংদা নংগা লোইননা
হুঙাইনগে অঙাওচু।

জগোই অকিবা-ফংনা শাবদা
শাথিনা তাল্ থাবক্ থাবক্পদা,
চেন্‌খি কিদুনা চেন্‌খি ইকাইনা
চিংনবা অমম্‌চু।

অকন্‌বা পুক্লিং-হুবত্‌বু
ঐহাক্কী প্রেমনা ববিজগে মাবু,
মাগী অপিকপা আশাগী স্বর্গবু
পাতালদা তাসন্নু।

৯০

## আরো আঘাত সইবে আমার,

অমুকস্থ চৈরৈ খাংগনি ঐহাকী
খাংনি ঐহাকীবু—
হেন্না কল্লবা সুখদা পুন্সি
মরিদা ভংহল্লু।

পোক্‌হল্লিবা য়াওস্থ ঐগী থল্লাইদা
পান্ত্রি মাস্থ অযৌবি তান্দা,
তম্‌থিনা য়াম্বহনুবদা ইশৈস্থ
মশক্‌ থোকহল্লু।

পক্লনবা ওইসন্থ ভুরুগী
থৌজাল অথোংপা,
অমেংবা সুর শান্নবদা থল্লাইসি
ওইহল্লু অবেম্বা।

চাক্‌খৎসন্থ নিংবা-কাইবা পুম্বা,
ভংখৎলসন্থ মালংবা অপুম্বা,
হৌগৎহন্দুনা আকাশ অপুম্বা,
মপুং-ফাব শন্দোক্‌হল্লু।

৯১

**এই করেছ ভালো, নিঠুর,**

তৌরিবসিনা ফরে, তম্থিবা,

ভৌরিসিনা ফরেকো।

অসুম্না তৌনা থম্মোইদা ঐগী

শাথিনা চাক্হল্লোকো।

চাক্হল্লবদি ঐগী থুপসি

মনম্ করিসু পিদে মাসি,

ঐহাক্কী থাওমৈসি থাম্লবদি

মঙাল্ করিসু পিবোইকো।

জ্ঞান তাদানা লৈবা মতম্দো

ঐহাক্কী থম্মোইনা

নংনা শোকপিবা চৈনা-খোন্দা,

মাত্তুনি নহাক্কী মনা।

অমম্বদা মম্না ইকাইনা

নহাকপু উ-ঙমদে মিৎসিনা,

বজ্রনা মৈ-ঙম্না ঙাল্হল্লু

ঐগী মম্বা পুম্বকো।

## লেখক্ত জেনে ছুকে রই দাঁড়ায়ে,

লাইনি খন্দুনা লাপ্পা লৈ লেথ্‌না
ইশানি খল্লা লুনা ত্তোহৌদরে।
ইপানি হাইনা খুরুম্মুই খোং পাইনা
ইত্তাও হাইনা খুৎ অনি পাইহৌদবে।

নহাক নশানা য়াম্না চম্বা প্রেমদা
ঐগী ওইনা কুমৃথহুনা লাকপিবদা
লুঙাইনা ইবুঙ্গা কোন্‌শিল্লহুনা
মকপ হাইনা নংবু ওক্‌হৌদরে।

ইচিন-ইনাওশিংগী মঙ্গংদা নংমু য়াওরি,
ইবুঙো, অত্তবু মখোইদা য়েংঙুদরি,
ইচিন-ইনাওশিংগা য়েন্নহুনা ঐগী লল্‌
নখুৎ খুজোক্তা করিগী হাপহৌদরে।
চেল্লক্কুনা ময়ামগী অন্না লুঙাইদা
লেপ্‌থিদে নে দো নহাকী নমাংদা,
কত্তুনা থরাই রাব-থংত্র থবক্তা
থরাই ইপাক্তা চোংথবমদবে।

## তুমি যে কাজ করছ, আমার

নংনা ভৌরিবা থবক্তো, ঐহাক্পু
থবক্তুদা চম্নররোইদরা।
থবক্কী হুমিত্তা নংনা ঐবু
নখুৎনা হৌদোক্লবোইদবা ?

অক-কত্ত অকা-অকুম্দা
তাইবং-শংগী থুগাই শাগৎপদা
নহাক্কী নাক্তা লেপ্লগা থক্লি
নহাক্কা ঐগা খংনববা।

রাখল ভৌবক্মি  মী-চিকপা উরুমদা
লৈতবদা মী চথোক চৎশিন্
য়াচং-তাঞ্জাদা নংগা ঐহাক্কদা
ওইবগনি চেৎন-চান্নশিন্।
'মক্বদা উন্নবা লনাই
মাহুদি মংদা উন্নবা তাই,
কৌথোকউ নংগী কৈথেন ময়াইদা
তোবিগৈদা লৈববা য়োনুবরা।

৯৪

## কিশলয়ে কোশে যেথায় বিহার'

তাইবংগা তিন্ন-খোংননা কোইবা মফম্
মাত্বদা ওই নহাক্কা ঐহাকস্তু তিন্নফম্ ।
উমংদা নত্তে, নত্তে মী-চিক্‌পদা
নত্তে ঐহাক্কী পুক্লিং মন্নুংদা
হুংশিবা নংনা ময়াম্ খাইগী ওইবা মফমদো
মাত্বনি নংনা ঐগীস্তু ওইফম্ ।

মযাম্বু তন্না নথুং তিংথোবকপা মফম্
মাত্বমক্তদনি ঐহাকীস্তু প্রেম পোক্‌ফম্ ।
থুপ্তুনা প্রেম লৈতে ইমুংদা
শন্দোরকই মঙালগী মতৌদা—
খাইগী নংদি হুঙাইবা লল্লি, হুংশিবা,
মাত্বমক্কি ঐ'স্তু হুঙাইফম্ ।

## ৯৫

### 'ডাকো ডাকো ডাকো আমারে

কৌবো কৌরো কৌরো ঐহাকপু
নহাক্কী তেক্-থৎন ইংবা অরুবা
অশেংবা 'মম্বদা ।

তোল্লবা নিত্তিগী অরাবনা
পুরি পুন্সিবু উফুন্দা চিংহুনা
মিকুপ্ থুদিংগী রাহৈ পুক্লিংনা
ওইরি মওং লিশিংদা ।

নাঙ্থোক্হল্লুনে নাম্থাক্হল্লু ঐহাক্পু,
নহাক্কী কুংলবা চিক্লবা প্লাক্লবা
লোইদবা 'মম্বদা ।

মা থবে খোল্ অচিকপা অহিংদা,
ঐগী তাইবংপান্ তিন্থ্রসহ্ মালংদা,
উহন্বিয়ু ঐগী থম্মোইগী মপু
মপুম্ ওইবা মওংদা ।

১৬

## কোথায় তোমার সুর হতেছে ভুবনে

তাইবংদা মহাকপু লুং তৌরিবা মফমদা
ঐগী থম্মোইনা করম চংকনি মাহ্নদা।
মনাই পাত্রদা সুমিং থানা
চিংশিল্লি মন্ডাল মরি ওইনা
পাক্ চাওরব থন্নাইনা শন্দোক্লি নোংদোম্দা
ঐগী থম্মোইনা করম চংকনি মাহ্নদা।

নংনা দানগী ফিদাদা কন্নিবা মফমদা
ঐগী থম্মোইনা করম চংকনি মাহ্নদা।
নিতিগী অনৌবা রসদা
শন্দোক্লিবা নশা নথম্দা,
মফমহুদা কৌরক্লবোইদ্রা পুক্নিংসিদা।
ঐগী থম্মোইনা করম চংকনি মাহ্নদা।

## ৯৭

### ফুলের মতন আপনি ফুটাও গান,

নৈবাং মতৌগুম মথন্দা থোকহল্লি ইশৈবু,
হা ঐগী ইবুঙো, সিনি নংগী দান হাইবু।
যেঙোই, নৈত্থু উরগা মুঙাইবদা ঐনা তাওই
ঐহাক্কীনি হাইনা নঙোন্দা কংনবা লাকই,
নংনা নখুৎমক্কা মাবু লৌবগা মুংশিনা নোকই—
থৌজান্দুনা ঙাকপিবি ঐনা কেথোক্চববু।

অত্থদগী পূজানা লোইরবা মত্থুংদা
ইশৈসিনা তত্তুনা তিন্থ্রবদি উফুন্দা
অত্থুস্থু কবিস্থু মাংদে— নংগী খুজোক্থু দদি
শিংথা-ঙম্দ লন্ কযা মাংখি, কয়া তুম্খি,
মখোইত্থু ঐহাক্কী পুল্সিদা ঙাইহাক্কীদমক শাৎখি
অত্থবু কুইনা মহৈ য়াল্হল্লি থরাইবু।

## মুখ ফিরায়ে রব তোমার পানে

মাই ওন্‌শিন্দুনা লৈগনি নঙোল্‌লোমদা
মহৈ যাল্‌হল্লু নিংজবসিদা থরাইদা ।
চুম্নগী লৈবা, চুম্না য়েংহনা লৈবা,
শুরুগী ইবুঙ্গিবু থাজত্তুনা থম্বা,
অরাবা পুম্বা অপাম্বা অপুম্বদা
নুমিৎ খুদিংগী থবক্ তৌরিঙৈ মনুংদা ।

নিংবা কযানা চেঙ্লি মাইকৈ কয়াদা,
অনিংবা অমতং থুংহল্লু থরাইদা ।
অনিংবত্তুনা অহিং অহিং খুদিংদা
হৌগৎসল্লু মী অমগী অরাবদা,
নোংম নোংমসিবু পবেং লেংশিন্‌সল্লু
অমতা ওইবা লংনা মুঙাই-ইশৈদা ।

২৯

**আবার এসেছে আষাঢ় আকাশ ছেয়ে,**

অমুক্‌পু লাক্লেসে ইঙা-থা আকাশ কুপ্না,
লাক্লে নোংগী মনুম-হুংশিবা হুংশিং পুনা।
ঐহাক্কী চহি য়াম্লবা থম্মোইসি ঙসি
মতু-চুংনা হাইহল্লক্লে অমুক্‌পু মাসি
অনৌবা লৈচিন্না কুংশিল্লকপহ্‌ য়েংহ্‌না।
অমুক্‌পু লাক্লেসে ইঙা-থা আকাশ কুপ্না।

মরক মরক্তা অপাকপা লৌবুক্কী মথক্তা
লৈচিনগী মমি তারি অনৌবা নাপীথক্তা।
'লাক্লেসে লাক্লেসে' না অসি হাইরি থন্নাইনা
'লাক্লেসে লাক্লেসে' হাইনা শকংলি ইশৈনা—
ইমিত্তা লাক্লেনে, থম্মোইদা লাক্লেনে চেম্না।
অমুক্‌পু ইঙা-থা লাক্লেসে আকাশ কুপ্না।

আজ বরষার রূপ হেরি মানবের মাঝে ;

ওসি নোংজুথাগী মশক উরি মীওইবৈ মরক্তা ;
চৎলিয়ে ওংহনা চৎলি অকুংবা পরেংদা ।
মহাক্কী থম্মোইদা জগোই শারক্লে অকিবৈ,
কন্না চেন্ন-চেন্না চৎলি মাংহন্দুনা ওমথৈ,
করিগীনো ইন্নরি লৈচিনগা লৈচিনগা
থবাক্ থবাক্ থেংননা নো থাংকুপ্পদা ।
নোংজু-থাগী মশক উবি মীওইবৈ মরক্তা ।

মপৈ মপৈ লাপ্পা যাম্না লম্তান্না
কাংলুপ কাংলুপ চৎলি, খংদে চৎলিবা বৈদৌনা ।
খংদেকৈস্সু করম্বা অচৌবা চিংদোন্দা
শৌদোক্কুনা ইশিং তারকনি ইঙা-থাদা,
খংবা ওমদে মহাক্কী কুংনা শুক্পা উজোমদা
হুঙাইরি বিরবা হিংব-শিবা শান্নবদা ।
নোংজু-থাগী-মশক্ উবি মীওইবৈ মবক্তা ।

চিংথৈপাংবদা লৈরে নোং-হুংশিৎকী পাওজেল্
মুরুম্ মুকম্ শোন্না ঙাংনরি মথোই মশেল্ ।

লাপত্র মকমদে তুংদ থোক্কদবনা
পুরি অমম্বদা ফোংভ্রিবা অরা-'না
অমুবা রাখল্না শুক্লবা উরুমদা
তক্শিল্লক্লে করম্বা অথুবা থবক্তা ।
নোংজু-থাগী মশক্ উরি মীওইবৈ মরক্তা ।

১০১

## হে মোর দেবতা, ভরিয়া এ দেহ প্রাণ

হা ঐগী লাইনিংথৌ, থরাই হক্‌চাংসি থন্নবা
নহাক্না থকে নিংলিগে অমৃত করম্বা।
ঐহাক্কী ইমিত্তা নহাক্কী ভাইবং-মমি
নংনা কবি শারহুনা য়েংথোক্কে নিংলি—
ঐগী শুন্নবা নাকোংদা তুমিন্না লৈরি
নহাক্ নশাগী ইশৈবু তাথোক্কে নিংলিবা।
হা ঐগী লাইনিংথৌ, থরাই হকচাংসি থন্নবা
নহাক্না থকে নিংলিগে অমৃত করম্বা।

ঐগী থম্মোইদা নহাক্কী সৃষ্ঠিসিনা
শেমগৎলক্লে রাহৈ অমথক্ য়াম্না ভক্না।
ইবুঙো, মাহুগা লোইননা নংবু মুংশিবদা
মখোল্ থোরক্লে ঐহাক্কী ইশৈ অপুম্বদা,
নশাবু নংনা যেংনবা অথুম্বা রসদা
ঐগী ইশাদা নহাক নশাবু হাপচিল্লিবা।
হা ঐগী লাইনিংথৌ, থরাই হকচাংসি থন্নবা
নহাক্না থকে নিংলিগে অমৃত করম্বা।

১০২

## এই মোর সাধ যেন এ জীবন মাঝে

ঐনা নিংজরিবা অসি পুন্সি অসিদা
পান্‌সন্থু নংগী হুণ্ডাই ইশৈ অচৌবদা ।
নহাক্কী আকাশ, পাক্লা তিংনা তাবা মঙাল,
মখোই হন্‌থিদসন্থু পিকই উহনা থোঙ্গাল—
ঋতু তরুক অচম্বা জগোইদা লাক্‌সন্থু
নিতি নৌনা ফি হোংহনা ঐ' থম্মোইদা ।

নংগী হুণ্ডাইবন্থু ঐগী পুক্লিং হকচাংদা
অপন্‌বা লৈতসন্থু কবিগুম্বা কুযোমদা ।
ঐগী যৌনা রাবদা নংনা পেনবন্থু
যাইফ মঙাল্‌গুম্না চাক্‌থৎসন্থু মাহু,
নংগী হুণ্ডাইবনা অনংবা মাংহন্না
ফোংদোবকসন্থু ঐহাক্কী থবক অপুম্বদা ।

## একলা আমি বাহির হলেম

ঐহাক ইথন্দা মপান্দা থোক্লম্মি
নংগী অভিসারদা,
ঐগা লোইননা কনানো চৎলি
অচিকপা অমম্বদা।
থাদোক্কে নিংই, য়াম্না হোৎনরে,
নাকোইনা চত্তুনা থাদোক্লম্রে,
পুক্লিংদা খল্লি রাইচিনবা কোক্রে—
অমুক মাবু উই হেক্তা।

পৃথি নিকহন্না চৎলি মানা,
অকি-ফংনা ফিংগ্রবা।
রা মযামগী মনুংদা পাম্মি মানা
মশাগী রাদমক হাইবা।
ইবুঙো, মাদি ঐহাক্কী ঐনি,
ইকাইবা সুকখংমক খংদবনি,
মাবু পুন্না য়াম্না ইকাইনা
চত্তোবি নংগী থোংজিন্দা।

## ১০৪

### আমি চেয়ে আছি তোমাদের সবাপানে।

ঐহাক্তা য়েংতুনা লৈরি নখোই পুন্নমক্তা।
মকম্ পিয়ু ঐভোন্দা খাই মযাম্গী মবক্তা।
মখাদা খাই মখাদা উফুন্-চেন্বা লৈমাইদা
ফম্কম্ পিবগী মমল্ লৈতবা মফম্তুদা,
মাতুদা লৈই চিংতুনা কবিস্থ খাইদবা,
লেম্বা চোপ্পগী থেন্নবা লৈতবা মফম্দা,
মকম্ পিয়ু মতুদা খাই মযামগী মবক্তা।

মপানথোংগী কুযোম অমতা লৈতে মফম্তু,
ইশাগী ফি-কুপ্ত্রব মশক খংফম্নি মাতু,
ঐগীনি হাইনিঙাই কবি অমতবু লৈতে
হাইবা অচুম্বসি খক মাতুদা কুপ্শিন্দে,
মাতুদা লেপ্তুনা মাইখাবা ঐগী অনংবা
কোক্নবা লৌশিন্গে মহাক্কী অচৌবা দান্দা
মকম্ পিয়ু ঐভেন্দো খাই মযামগী মবক্তা।

১০৫

## আর আমায় আমি নিজের শিরে

অমুক্ ঐহাকপু ঐনা ইকোক্তা থোংনা
পুবরোই ।
অমুক্ ইশাগী থোংজিন্দা লাইব শানা
লৈবরোই ।
পোৎলুমসি নখোংদা থনমজুনা
চথোক্খবগেনে থওইদানা—
পাও অমফাও লৌববোই মাত্নগী,
রা অমফাও কাংথোক্লবোই ।
ঐহাক্পু ঐনা ইকোক্তা থোংনা
পুরবোই ।
ঐগী অপাম্বনা শোক্লুববা
মীত্না
মাগী মঙালত্নবু মুথৎ থোকই
থিন্দানা ।
যেঙোই, মাগী অমাংবা মখুৎ অনিজুনা
পুবকপা পোৎ অত্নু পাম্দে ঐনা,
নহাক্কী প্রেমদা হৌরোইদবত্ন
মাত্নু ঐনা খাংবা ঙম্লোই ।
ঐহাক্পু ঐনা ইকোক্তা থোংনা
পুবরোই ।

১০৬

## হে মোর চিত্ত, পুণ্য তীর্থে

হে ঐগী থম্মোই, তীর্থ লেন্দা
হৌরো নে থিত্তা—
ভারত অসিগী যাম্নবা-মীয়াম্গী
ইপাক্ মপান্দা।

অসিদা লেপ্তুনা পাম্বোম্ অনি তিংনা,
থুকম্মি মীওইব-লাইবু,
অতিংবা ছন্দদা যাম্না মুঙাইনা
শক্চ শোঞ্জবি মাবু।
ধ্যান্দা লুপ্লিবা আদৈ চিং অসি,
তুবেল্ লাইশোন্-মালা শিবা লম্পাকসি,
অসিদা নিতিই যেংউ অশেংবা
মালেম্লৈদা
ভাবত অসিগী যাম্নবা মীযামগী
ইপাক্ মপান্দা।

কনাস্থ থংদে কনানা কৌবদৈ
মীওই কযাই ইচেন ইরৈ
থিংঙম্দবা ইচেন্দা লাকখি কৈদৈ
ইপাক্সিদা লুপ্ শিল্লে।
অসিদা আর্য্য, সিদা অনার্য্য,
অসিদা দ্রাবিড চীন—
শকহুন কাংবু পাঠান মোগল
ওইখ্রে হকচাং'মতা লুপ্ শীন্।

নোংচুপ্পা ঙসিদি হাংদোরক্লে থোং,
অত্তদৈ পুবক্লৈ খাইনা মনা কোক্থোং,
পিনি লৌসু লৌনি তলহল্লি তিম্নি,
হলহল্লোইদা—
ভারত অসিগী য়াম্নব-মীযামগী
ইপাক্ মপান্দা।
লান্ মথং-মথং ঙম্নক্ লানুঙম্ ইশৈ শক্
মযাইকানা নিন্দুনা
ফাওখি লৈঙোই-লম্বী চিংমুংমাহুংফক্
লাক্লম্মি মখোই মযাম্না,
যাওরি মখোই পুম্নমক ঐগী ইশাদা
কনাসু নত্রে থুল্লাম্বা,
ঐহাক্কী ঈদা তত্তনা মখোল ফাওবি
মাহুগী সুর অঙক্পা।
হে অশাও বীনা, খোংউ খোংউ খোংউ,
হঙ্গোইনা লাপ্পা লৈবিবশিংদু ঙসিসু
পন্ কোক্থগনি মখোইসু লাক্লনি,
লেপ্পনি নাক্তা
ভাবত অসিগী য়াম্নব-মীযামগী
ইপাক্ মপান্দা।
'সিদা মতম্ অমদা পোখা লৈতনা
কল্লা ওঁ-হাইবা খোল্
থম্মোই অমতা ওইব মত্তদা
থোক্খিরম্মি নিম্না শক্-শোন্।
তোপ, তৌদুনা লিংজেন্ মাম্নবা মৈদা
কৌশিল্লক্লুনা ময়ান্দু

খেন্নবা কাওরম্মি, হৌগৎলম্মিদো
অচৌবা থম্মোই অমবু।
হোৎনজবতুগী ইরাংচবতুগী
হাংদোক্লে ঙসি থোংজাও যজ্ঞশংগী,
অসিদা ময়াম্মক যাগনি তিন্নবা
কোক্ নোম্বদা
ভারত অসিগী যান্নব-মীযামগী
ইপাক্ মপান্দা।
হোম্-বৎশ্রব-মৈদা যেংউ ঙসি চাক্লি
অরাবৈ ঙাংল মৈবা।
খাংবা তারে মাহু, থমুংদা চাকপা—
লাইবক্তা ইনম্বা সিবা।
অন্নাবসি খাংবা তাবে ঐগী পুক্লিং
তাও লিংজেন্ মান্নবা মীকৌ।
ইকাই ইকি পুম্বা তৌবে তৌবো জয়,
লৈত্রসনু চোপ্প-থৌদৌ
লোইখিতুনা খাংঙম্দবা অরাবা
পোক্লখিসনুকো থরাই অচৌবা।
হৌখবে অহিং, হৌগৎলক্লে ইমা
চাওব মহুম্দা
ভাবত অসিগী যান্নব-মীযামগী
ইপাক্ মপান্দা।
লাকওনে আর্য্য লাকও অনার্য্য,
হিন্দু মুসলমান।
লাকও লাকও ঙসি নংসু ইংবাজ,
লাকও লাকও খৃষ্টান।
লাকও ব্রাহ্মণ, পুক্লিং শেংদোক্তুনা

পাইরো খাই ময়ামগী থুং।

লাকওনে অতোনূবা মুংহনূথরসিনে

তাথি-শোনাইবা পুন্মুং।

ইমা নিংথৌ হাপ্‌সি লাকও লাকও থুনা

য়াইফ-কুবি ঘোং ওইদরি থনবা

ময়াম্না-শোক্‌পদা-শেংদোক্লবা

তীর্থেই ইশিংদা

ঙসি ভাবতকী য়াম্লবা মীয়ামগী

ইপাক মপান্দা।

## যেথায় থাকে সবার অধম দীনের হতে দীন

খাই মখা-খাবা তৌদ্দে তোল্লবগী লৈফমদা
নহাক্কী চরম্না লৈতেংই মফমত্নদা
খাইগী তুংদা, খাই মখাদা
লোইন-মাংগ্রশিং মরক্তা ।
ঐনদি নংবু খুরুম্বনি হাইনা তৌরি
খুরুম্বত্নু ঐগী কদাইরাইদনো লেপ্‌খি—
নহাক্কী চরম্না য়োবিবা তাথি-তাওইনা তৌবিফমদা
মাত্নদা ঐহাক্কী খুরুম্বা কুমথো য়াদে
খাইগী তুংদা, খাই মখাদা,
লোইন-মাংগ্রশিং মরক্তা ।
নাপন্না চংবা যাদে নংনা কোইনা চৎলিবা মফমত্নদা
ফি শেত্তবা লাইর-চুথ শারত্ননা
খাইগী তুংদা, খাই মখাদা
লোইন-মাংগ্রশিং মরক্তা ।
ইরল্‌ ইথন্না থন্না লৈরে থলুই
নংগা মকপ্‌ ওইবগনি আশা তৌকই—
নংদি মকপ ওইনা লৈ মকপ লৈতবশিংগী য়ুমদা
ঐহাক্কী থম্মোইনা কুমথনিংদে মাত্নদা
খাইগী তুংদা, খাই মখাদা
লোইন-মাংগ্রশিং মরক্তা ।

## হে মোর দুর্ভাগা দেশ, যাদের করেছ অপমান

ঐগী লাইবক-থিবা লৈবাক, তৌবিবিবশিংদো তাথি-তাওইনা
চোপ্প নংমিন্নগনি মখোই অত্থগী ময়ামগা মান্ননা।
মীওইবৈ ফংফম্ থোকপবু
ফংহন্ন্বিদবে মহাকপু,
নমাংদদি লেপ হল্লগা চংজফম্ পিদবে নতম্বাক্লা,
চোপ্প নংমিন্নগনি মখোই অত্থগী ময়ামগা মান্ননা।
মীওইবগা শোক্লববু মুমিং থুদিং লাপ্পা ইথোক্লিবত্থু
মীওইবগী থৱাই-মপুবু নংনা হঙ্গোইবা কৌই মাত্থু।
নোংদম্বগী অশাওবদা
থমত্থনা চাক্তাংবৈ থোংদা
যেন্নত্থনা চামিন্ননি চাক-ওশিং মখোইত্থুগা লোইননা।
চোপ্প নংমিন্নগনি মখোই অত্থগী ময়ামগা মান্ননা।
নহাক্কী যম্ফম্লাংদগী মখোইবু ইম্থোক কাওথোকখ্রবদি
নপাঙ্গলবু নংগী থওইদানা তাম্থোকখ্রবনি মাত্থদি।
নখোংনা নেৎহৎপিবদা
তাথ্রগনিদো উফুন্দা—
মখা কুনথবকউ নত্রবদি লান্নিংঙাই লৈত্রে অতৈনা।
চোপ্প নংমিন্নগনি মখোই অত্থগী ময়ামগা মান্ননা।
নংনা মখা ইম্থবিবত্থনা নংবুস্থ মখাদা পুল্লে
তুংদা থম্লিবা মী অত্থনা নহাকপুস্থ তুংলোম্দা চিংলে।
অপংবগী অমম্বদা
কুপশিল্লিবত্থু মকমদা
নহাক্কী যাইফবা কুপশিন্দুনা লৈত্রে মানা যাম্না লাপ্পা।
চোপ্প নংমিন্নগনি মখোই অত্থগী ময়ামগা মান্ননা।

চহিচা কয়াচুপ্পা পুবক্লি কোক্তা অচোপ্পা পোৎলুম্বু
থুকমগে তৌকদে অতুগদি মীওইবগী নারায়নবু ।

অতুদি নমিৎ নোম্থবো
উবা ফংলববা য়েংলো

কুমথরক্লে উফুল্-লক্তা তোল্ল-তাববগী ভগবান্না ।
চোপ্প নংমিন্নগনি মাহুদা নংস্থু ময়ামগা মান্ননা ।

উধা ফংদবি নংনা যমগীচুত লেপ্পবিবসে থোংদা,
অচৈব-শাপ্পু যেক্পিবম্লে নহাক্কী জাতিগী নাপলদা ।

কৌদ্রবদি ময়াম্মক্পু
চথোক্খবো হুজিক্মক্পু,

নশাবু পুন্দুনা থল্লি মাইকৈ মবি কোইশিন্না নাপম্না—
শিববদা ওইগদ ঙাক্নি মংগী উৎ মযামগা মান্ননা ।

## ছাড়িস নে, ধরে থাক্ এঁটে,

থাদোকন্নু, কারো নগুনা,

য়েঙোই, থোক্লে নংগী ঙক্ষম্ ।

শোইদ্রে, অমম্বসি চৎথ্রেদনা,

যেঙোই, লৈত্রে অমুক কিফম্ ।

যেংউ নোংপোক্ অতিয্যা মকোইদা

অসুকপা উমংগী মকমদা

শজিক থবাগীদি থোক্‌ফম ।

য়েঙোই, লৈত্রে অমুক কিফম্ ।

অহিংদদা চৎপা মখোইহুদি—

মশাবু ইথা থাজদবনি,

হোৎনদবা, অতনূবা, চিংনবা,

নত্তে মখোই অয়ুক্কা চানবা ।

চেম্বোবাক্লা, মপান্দা লাক্লগা—

চিংনা যেংউ, য়েংউ কোক থাঙ্গৎলগা,

ওইখবে আকাশ মঙালগী উফম্ ।

য়েঙোই, লৈত্রে অমুক্ কিফম ।

## আছে আমার হৃদয় আছে ভরে,

লৈরে ঐহাক্কী থম্মোইসি থন্না লৈরে,
হৌজিক্তি নহাক্কা পাম্বা অহু তৌবো ।
'সুম্না থম্মোইদা ভাল্লবদি ফরে,
মপান্দগী ঐগী পোৎ পুম্বা লৌথরো ।
খৌবাংবা পুম্বা তন্না মংখিবা মফম্‌দা
থরাইবু মপুং ফাহল্লবদি মাহুদা,
অহুদৈদি লৈডোই লম্বীগী মযাইদা
হুংশা যৌনা-কন্না শাগে শাহল্লো ।

লৌনম্‌তুনা মশান্না কয়া শান্নরি
ঐনা পাম্মি অস্নুম হাইনা শান্নবা ।
মাইকৈ অমদা মিৎকী পনা তাওহল্লি
মাইকৈ অমরোমদনা পোক্‌হল্লি নোকপা ।
ঐনা খোৎপা মাংহল্লমাল্লে রাকবু
লুপ্রবদা ফংই খিত্তুনা মখোইবু,
তম্পাক্তগী লাপ্না হুন্দোক্‌পিরবসু
নবুক্তা অমুক্ হেক্তা কোন্‌থৎপিদো ।

**গর্ব করে নিই নে ও নাম, জান অন্তর্যামী—**

নাপল্ তৌনা শোন্দ্রিবনি নমিং, খংউ থম্মোই খংবা—
ঐগী চিন্না হাইবদা নমিং কয়া পকৃই।
খাইনদি কবেম্নবা নোক্লবদা ঐনদি খল্লিবা
ঐগী খৌনাওদা নমিং কয়া শেংনা থোকৃই।
ঐ য়াম্না লাপ্না লৈরি নঙোন্দগী
মাতু খংবদা শোইদবা ওইসন্নু ঐগী—
নমিং শোন্বগী মিনম্বা ফিজেত্তা ঐবু খংখিগদ্রা হাইনা
পুক্নিংদা মাতুই ইকাইবনা শিদৌই।

নাপল্গী মিনম্বদগী কন্বিয়ু থৌজানবিত্নুনা
ঐগী মফম্ চাবদা ঐবু থম্বিয়ু।
অতৈ পুম্নমক্কী মিৎযেংদৈ ঐবু চিংথোক্পিত্নুনা
নহাক্কী নোল্লুকপা নমিৎ পিনবিয়ু।
ঐগী পূজা থৌজাল ফংনবনি হায়না
কনাগী য়ুমদা তৌবিদসন্নু লুনা—
নিতিগী নংবু কৌবি ঐনা উফুল্ থক্তা ফমত্নুনা
নিতিগী অনৌবা ইন্নান্ হেক্তা পোকই।

১১২

## কে য়য়ে মখ রেলে যাবি

মীনা হাই খোংপা হন্দোক্লব্রি
অশিবনা নখুৎ পাইরবদা—
হিংলিঙৈদা তাজবা ময়ামছ
শোইরোই অশিবনা লৌবদা।
লাক্লগা অথনৃবা পুকৈদা
চৎকেরা খুৎ-হাংনা মমৈদা
নংনা লৌনিংবা হেক্ লৈবমথৈ
নিংথিনা লৌহোবো হজিক্তা।

পোংথি পোংকুম্শী পোং ময়াম্ অমা
তং-থম্ লৈতনা পৈশিল্লিবসি,
কল্হৌনি, চংলমদাই মতমদা
তুম্হন্দুনা চংলবদি মাসি।
পৃথিবী অসিদা লাক্লবনি
অসিদা শেম্বা তারবনি—
নিংথৌশী ফিজেত্তা চংসি নোক্রা
অশিব-রাংমশী উৎসৃবত্তুদা।

১১৩

## নদী পারের এই আখাড়ের

তুবেল রাংমগী ইঙা থাসিগী
অয়ুক অসিবু
লোবো পুক্লিং, চিংশিল্লো নহাকী
থরাইদবু।
শংবানবগা সনাগা তিন্নরে
অমৃত তন্না শন্দোরক্লে,
পোক্‌হল্লে নোংদোন্‌ মকোইবুংদা
অকবা রাবু,
লৌরো পুক্লিং লৌশিল্লো নহাকী
থরাইদবু।
অসুম তৌনা চংলিঙে লম্বীদা
ভাইবং তোর্ব্বান্দা
নাকল্‌ অনিদা শাংলিবা লৈশিংত্থু
হেক্তোকড়দা।
মাত্থশিংত্থনা নংগী রাখন্দা
পরেং লেংসত্থ অহিং-মুংথিন্দা
মুমিং খুদিং চেক্‌শিন্না ভাক্তুনা
লাইবক-শাবু—
লৌরো পুক্লিং, লৌশিল্লো নহাকী
থরাইদবু।

## মরন থৈদিজ ডিদের শেষে

হুমিং লোইরগা অশিবনা নোংমা
লাকপদা নহাক্কী খোংজিন্দা
হুমিত্তু নং করি লল্ পিদগে মাঙোন্দা।
ঐহাক্কী থল্লবা থরাই অসি
মাগী মাংদা পুরক্কনি খাসি,
মহাকপু ইহাং হাংনা চৎহনৃখিরোইদা—
অশিবনা লাকপা হুমিত্তা ঐহাক্কী খোংজিন্দা।

শরৎ-বসন্তে অহিং কথা
সন্ধ্যা কথা অমুক কথা
বস কয়া হৈজিনৃখিবা পুন্সি-পাত্রদা —
লৈ কয়া শাংখি হৈ কয়া য়ানৃখি
ঐহাক্কী থম্মোই-মুংবু থল্‌হনৃখি
অরা জুওাইগী মঙাল-মকয়া শোকপদা।

ঐগী পৈশিজবকপা শেল্ থরদু
হুমিংস্তুক কুইনা লাংশিজবকপদু
অবোই হুমিত্তা শেমদুনা পিনি মাঙোন্দা—
অশিবনা লাকপা হুমিত্তা ঐহাক্কী খোংজিন্দা।

## ১১৫

### দয়া ক'রে, ইচ্ছা করে, আপনি ছোটো হয়ে

থৌজালহ্না নবুক্ থোক্লা নশাবু পিক্থহন্না
লাকপি নংনা অপিকপা য়ুমসিদা।
অহ্না নহাক্কী থুন্না কজবা
কোক্হল্লি ঐহাক্কী মিংকী অবাঙ্বা,
ইশিংদা কংফান্দা ফাহনবি
মওং কয়া কয়াদা।

মকপ শানা, ইপা ওইনা, অপোকপী ওইনা
নশাবু নংনা পিকথহন্না লাকপি থম্মোইদা।
ঐহাক্স ইশাগী ইথুংনা
শেম্‌সিবা তাইকং- মপুবু পিক্লা—
খংহনুগনি অমত্তুং খংগনি নংবু
পিক্লা থবনবদা।

১১৬

## ওগো আমার এই জীবনের

হা তাববা, ঐগী পুন্সি অসিগী
পোল্লোই মতোল্লোম্বব্
নহাক্ও, ঐহাক্তী অশিবা, নংনা
হাইয়ু ঐভোম্দা রাবু ।
পুন্সি চুপ্পসি নহাক্পু ভাইরি
শুমিৎ খুদিং হৌগত্নুনা লৈবি,
নহাক্তীদমক্সি হাইনা পুরি
অরা-সুভাইগী মৈচাক্পু ।
অশিবা, ঐহাক্তী অশিবা, নংনা
হাইয়ু ঐভোম্দা রাবু ।
ঐনা ফংবা, ঐনা ওইবা,
ঐনা হেক-নিংবা পুম্বা,
খংদানা চেন্শিল্লি নওোল্লোমদা
মুংশিবা অপুম্বা ।
শোইরোই নহাক্তা উম্নগনিদা
কুবি-নিংবা মিৎয়েং অমদা,
পুন্সিগী লোইনবি ওইনি নংগী
নিত্তি তুংইঙ্কবিবু ।
অশিবা, ঐহাক্তী অশিবা, নংনা
হাইয়ু ঐভোম্দা রাবু ।
ছক্লবা লৈ লেংছনা লৈরে
ঐহাক্তী থম্মোই-মুংদা,
কদৌঙৈ চিক্লা নোক্পা মাইথোংদা
লাকনি বোর ফিজেত্তা ।

হুমিত্তুদি ঐহাক্কী য়ুম্ লৈরোই,
কনা ঐগী কনানা মীগী থাইরবোই,
মী-লৈত, অহিংদা মপুরোই ফংনি
মপুরোই-নিংবিবু।
অশিবা, ঐহাক্কী অশিবা, নংনা
হাইয়ু ঐঙোন্দা রাবু।

**যাত্রী আমী ওয়ে।**

ঐদি লম্-কোইবনি।
ঐহাক্পু কাহ্না থম্বা কনানা গুমগনি।
অরা-সুভাইগী কিশি-শিং অরেম্বা ডাক্লি,
য়ুম পাম্লিবসি কদাইদনো তুংদা লৈগৌনি—
য়ুম্বানুবৈ পোৎলুম্মা ঐবু খাদা চিংলি,
তত্তুনা চাইথোক্লুনা তাগনি।

ঐদি লম্-কোইবনি।
লম্বী চৎপদা থরাই পেম্না ইশৈ শক্লি।
লানুবন্ ওইবা হকচাংদা থোং লোইনা হাংনি,
অপাম্বগী যোৎহিলং পুম্বা তৎখিনি,
অফ-ফত্ত কান্দুনা লাম্থোক্নি,
তাইবংবান লাইবৈবাক শুনা চৎকনি।

ঐদি লম্-কোইবনি।
অকম্বা দায লৈব-খিবিক নাম্থোক্‌খিনি।
অবাপ্পা তম্না আকাশনা ঐবু কৌবি
লোন্-থোক্লবা থংনদবৈ ইশৈ শক্লি,
অয়ুক্তা সন্ধ্যাদা ঐগী থরাইবু চিংলি
কানাই বাঁশিননো অরুম্বা সুবদনি।

ঐদি লম্-কোইবনি।
কাওপ্রবা অয়ুক অমদা মপাল্ থোক্লম্মি।
উচেক অমতা কদাইদসু থোংলমখ্রি,

অহিং কয়া শাংথখিনি খংনরমত্রি,
মিং-কুপ্তবা মিং অমতংদদি
অময়গী মথক্তা মিং-পাংলম্মি।

ঐদি লম্-কোইবনি।
যাচংবা অমদা য়ুম অমদা য়োনি।
মাত্তদা থরান-মিচাক্ অমনা ঙাল্লি,
কবস্বা লৈ মনম্দা মুংশিংনা কপ্লি
কনানো অমা হৈংল-মিং অনিনা
অহুঙৈদৈ হৌজিক-ফাও ঐঙোন্দা যেংলি।

**উৎিয়ে ধ্বজা অভ্রভেদী রথে**

ফিরাল্ পাইহন্না নোংদোন্ খেৎনা দোলাইদা
লৈরিবসি মানি, য়েঙোই মপাল্ লম্বীদা।
চেনশিল্লক্লো, চিংবা তারে খৌরি—
যুম কাচিন্দা কদাইদা ফমথ্রনা লৈরি।
মীযাম তিল্লি-মরক্তা চোংশিন্খিত্না
কন্নি উপাযনা খংদে মফম যাহৌদা।

কদাইদা কবি নংগী য়ুম্গী থবক লৈবা
ডসিদি কাওবা তাবে মাছ্ খোগোংপা।
চিংউ চিংউ থরাই হকচাং পুম্বা যাওনা
অতোন্বা থরাইবু সুংশিবা থাদোক্তুনা,
চৎলু চিংত্রনা অমম্বা অঙান্বদা
লরাই-থরাই উমংদা চিংফুংদা।

কাংথ্রোং অসি ওল্লিনে কদক্-কদক্
পুক্‌হুংদা তারিবরা মখোল্সিমক্।
নশাকী ঈদা থরাই লেংলিবরা।
শি-ঙম্ ইশৈ নপুক্লিংনা শক্লিবরা?
নংগী অপাম্বনা ইচাওগী ইচেল্ঙম্
চেন্শিল্লিবরা তুংদা ওইরকদবদা।

## ভজন পূজন সাধন আরাধনা

নিংউবা, শোল্লবা, হাইজবা, ইবাং-পূজা
খোগোংপা থাদোক্লসি।
থোং লোন্দুনা লাইশংগী কাচিন্দা
কবিগীদমক ফম্লি।
অমম্বদা লোত্তুনা নংগী পুক্লিংনা
কনাবু ইবাংলিবা লোন্না-থুগ্না,
নমিৎ পাংদ্বনা মুন্না যেংলগা উনি
লৈতরে যুমদা লাইদি।
মানা চৎথি য়াওবা লৈবাক থুগাইহনা
খোইবা লোমীনা লৌফম্—
লখী-শেম্বা মবক্তা হুং থুগাইহনা
থা-তবানিথোই নোফম।
হুংশাদা ইশিংদা লৈ থাইগী মরক্তা,
উফুল পকই মাগী মখুৎ অনিদা,
মহাক্লুম্না অশেংবা ফি থাদোক্তুনা
উফুল্ মথক্তা লৈসি।
মুক্তি? সিদা মুক্তি কদাইদা ফংনি,
মুক্তি কদাইদা লৈবি।
লাই মশামকপু লৈশেম-কিশি মরিনা
ময়ামক্তা পুনশিল্লি।
লাইনিংবা তোক্‌খো, লৈ-কৎপা থাদোকউ,
ফি শেগাইসনু, উফুল্ রাইফুল্ তৈসনু,
থবক শুবদা মাগা অমতা ওইনা
হুমাং তামিন্নরুসি।

## সীমার মাঝে, অসীম, তুমি

পন্থৈ মতুংদা, পল্লানুবা নংনা
নংগী সুরদা খোংউবা।
ঐগী থমুংদা নংনা ফোংদোক্পা
অতুনা অসুক থুম্বা।
মচু কযা মনম্ কযাদা
ইশৈ কযা ছন্দ কয়াদা,
শক্-নাইদবা, নহাক্কী শক্কী লীলাদা
হৌবেদো থম্মোই-পুম্বা।
ঐগী থমুংদা নংনা লৈতেংবা
অতুনা খোইথুম্নবা।
নহাক্কী ঐহাক্কী তিন্নববদি
পুম্নমকপু হাংদাক্‌ই—
তাইবং ইপাক্তা ইথক হৌতুনা
থুনমক্ হাই-হুম্নকই।
নহাক্কী মঙাল্দা যাওদে উকম্
ঐঙোন্দা ফাওরি মহাক্কী শক্তম্
ঐহাক্কী মিৎকী পিদা মানা ওই
ফজবা হুংশিবা।
ঐগী থমুংদা নংনা লৈতেংবা
অতুনা খোইথুম্নবা।

১২১

তাই তোমার আনন্দ আমার 'পর,

চুম্মি নহাক্লা ফুভাইবি ঐবু ফংলগা,

নংনা অতুনা মথাদা ল্যাকৃইদো—

ঐঙোন্দা নত্রদি, মবোল্-অহম্-মপু,

নংগী প্রেম অবেম্বদা ভানিদো।

ঐগা লোইননা নংনা কুম্ম শান্নরি,

ঐগী থম্মোইদা বসগী শান্নবা চথবি,

ঐগী পুন্সিদা অঙকপা শক্ পুতুনা

নংনা নিংবা ইথক হৌরিদো।

অতুনা নংনা নিংথৌগী নিংথৌ ওইনা

শুপ্পা ঐহাক্কী থম্মোইগীদমক

কোইবি কয়া পুক্লিং-হুরবা ফিজেত্তা—

ইবুঙো, ভাইবি নিতিমক্।

অতুনা ইবুঙো 'সিদা কুম্বিবক্লে,

ভক্তে থরাইগী প্রেমদা নং প্রেম পোক্লে,

নংগী শক্-ওং ঐথোই অনি তিন্নবদা

মপুং ফানা ফোংদোক্চরিদো।

## মানের আসন, আরামশয়ন

চাওথোক্ল ফম্নিভাই, মুভাইনা তুম্নিভাই
নত্তরে নহাক্কীদমক।
খোৎপা থাদোক্লা ভসি মুভাইনা
চৎলোসে লম্বী মথক্।
লাক্লো মকুপ, নখোই ইখাইনা
পুন্নপ. পুন্না মযাম মপান্ থোক্কুনা,
ভসি অসিদি য়োগনি ঐখোইনা
থৌওইবিদবৈ য়ুম্মক।

চৈববু শেৎকনি লৈতেং ওইনা
তিংথংগী লিক্-পবেং,
ইকোক্তা থোন্দুনা পুগনি
অচোপ্পগী পোৎলেন্।
অরাবগী অরোইবা লৈফমদা
ইকোক্ ওম্বোইগে মাহুই উফুন্দা,
কৎথোক্পৈ হাংল-পাত্রসি লৌনি
মুভাই-লাইজ থন্নমক্।

১২৩

## প্রভুগৃহ হতে আসিলে যেদিন

মপুগী য়ুমদগী লাক্‌খিবা হুমিত্তা
অকন্‌বা কাংবু
লৈরুই কদাইদা হুমিত্তু লোৎলহ্না
নপাঙ্গলহ্‌বু
কদাইনো চুঙ্গোই খুৎলাইনা কদাই,
কংলে নংলে লৈখিদরে উপাই,
মাইকৈ মবিদগী লাক্লে অকন্‌বা চৈয়ে
থিংঙম্‌দনবু—
মপুগী য়ুমদগী লাকখিবা হুমিত্তা
অকন্‌বা কাংবু।
মপুগী য়ুমহুদা হন্‌খিবা হুমিত্তা
অকন্‌বা কাংবু
লোৎলুরে কদাইদা হুমিত্তুদা অমুক্
নপাঙ্গলহ্‌বু।
লিকং তেন্ থাং কদাইদা নাম্বখবে,
শান্তিগী মীনোক মকাফন্না থোবক্লে;
চৎখরে থনম্‌হ্না পুন্সিচুপ্পগী
লোমজমন্‌বু—
মপুগী য়ুমহুদা হনখিবা হুমিত্তা
অকন্‌বা কাংবু।

১২৪

## ভেবেছিনু মনে যা হবার তারি শেষে

খল্লম্মি পুক্নিংদা থোকখি-ওইখিসিগী তুংদা
ঐগাক্না চৎপসি লোইলবগনি অসিদা।
লম্বী লৈত্রে খল্লুই থবকস্তু লৈত্রমাল্লে,
চেংজেন্ খব লৈবমৃত্নস্ ঙসি লোইগ্রমাল্লে,
থৈদোকচবগনি তুমিন্না মকুম্-থুম্না
কেয়্ন পুন্সিদা মোংন-শেগাই ফিজেত্তা।

অত্তবু ঙসি কবি উই, কুম্মেসি লোইদবি—
থম্মোইনুং ইচেন্না শক্নৌ তেক্না পুবি।
অবিবা রাহৈ শিবক্লবা মতম্দা চিন্দা
অনৌবা ইশৈ ওইনা ঙংখৎলক্ই পুক্নিংদা,
অবিবা লম্বীনা লোইখিবা মফম অদুগা
শম্জিন্না ঐবু পুবক্লে অনৌবা লৈবাক্তা।

## আমার এ গান ছেড়েছে তার

ঐহাক্কী ইশৈসি থাদোক্লে মাগী
লৈতেংলম্বা অপুম্বা,
নংগী নফম্দা উত্তরে অমুক্
নাপন্না শেন-শাবা হৈবা।
লৈতেং হাপ্পনা মরক্তা তাই
নংগা ঐগা তিন্নবদা কাই,
নহাক্কী রাবু কুপ্‌শিল্লি মাগী
ঙং-খোংবা অহৌবা।

নহাক্কী নফম্দা চংদে ঐগী
নাপল, কবি শারুবু—
মহাকবিনি নংদি, নখোংদা
ফাহন্নিংই ইশাবু।
পুন্সিসিনা য়াম্না চেক্শিন্নদি
অচম্বা বাঁশি শারবদি,
নশাগী সুবনা থল্‌হনুগনি
মাগী মথুল্ অপুম্বা।

## নিন্দা দুঃখে অপমানে

চৈবা রাবা অচোম্বদা
অম্লক্ থিনা শোক্পোই,
অত্তবু থংই করিস্নুদি
মাত্থনা মাংনবা ওইবোই।
উফুল্ মথক্তা লৈজরবনি
ফম্ফম্গীদমক খঙ্জদ্রবনি,
খল্লি অনংবা চিংনদবনা
নংগী থৌজাল ফংবোই।

মীনা ফৈ হাইবিবা মতমদা
ভাইহাক্তুংগীদি নুংভাই,
পুক্নিংদা থংই, মাত্থই মন্নুংদা
নম্থাক যাম্নবু যাওই।
নম্থাক অত্তবু শেম্-শাবত্থনা
কোইনা চংলি কোক্তা পুবত্থনা,
ননাক্তা চংকে নিংনা চত্তবি
মতম্ সুক্ফং ফংদবোই।

## ১২৭

## রাজার মতো বেশে তুমি সাজাও যে শিশুরে

নিংথৌগী গুম্বা ফিজেত্তা নংনা শেৎপিবে অঙাংজু
শিবিবে মাঙোন্দা মণি-মুক্তা-পরেং—
শান্ন খোৎনবে হুঙাইবা থৈদোক্কে মানা পুম্নক্কু
ফিজেৎ লৈতেনা ওইবে তম্‌থিনবা নাবেং।
থৈদোকই শোক্‌-পন্‌গনি খন্না
উফুল্‌ পক্কুনা চুনি কিজনা,
অত্তা মবামদগী লাপ্তুক্লা থৈনোক্কুনা থম্মি মশানু
ভনাগ তাইস্তু, চৎলি রাখল্‌ মবেং নবেং—
নিংথৌগী গুম্বা ফিজেত্তা নংনা শেৎপিবে অঙাংজু
শিবিবে মাঙোন্দা মণি মুক্তা-পরেং।
ঋণি তৌননি ইমা, অদুম তৌনা নিংথৌ শাবনা,
বনি ওইনি মণি মুক্তাগী পরেংনা।
লমীবোমদা খোংজাও হাংদোক্লো চেন্‌ চোংশনসিদনা
হুংশিৎ-হুংশা উফুল্‌ লৈখোম শোরা।
তাইবং মীয়াম তিল্লিবা মফম্‌
হুমিৎ-চুপ্পা মখল কয়া শান্নফম্‌,
মাইকৈ মবিদা শাংল ইশৈ শক্লি খোঙ্গেন ঙিশিংনা,
মাহুদা চন্‌শিন্দনি নাগী মবেং—
নিংথৌগী গুম্বা ফিজেত্তা নংনা শেৎপিবে অঙাংজু,
শিনিবে মাঙোন্দা মণি মুক্তা পরেং।

## ১২৮

### জজিয় গেছে সরু মোটা,

যেৎশিন্নখবে অচৌ পিশক্
মবি অনি,
পুন্সি-বীনা স্তব চুম্মা অতুনা
খোংদ্রিবনি ।
স্তুব-চাদবৈ অকবসিদা
ঐগৌ গরাও লোগাব রাবদা,
খংলেপ্ লেপ্খি ঐনা ইবৈ গক্পদা
হন্ন-তন্ননি ।
পুন্সি-বীনা স্তব চুম্মা অমুক
খোংদ্রবনি ।
অরা-না অসি ঐগারা পুরা
ভগ্দবেনে,
নংগী সভাও নষ্টীনা লাকপদা
তকাহ শিবেনে ।
নগী গুন্ চেনবা মী লৈবশিংত্র
যন্থা উমদে মখোইগী মনাক্ত,
শেপ্ত না লৈ মযামগী নাকন্দা
থোং মপান্দনি ।
পুন্সি-বীনা স্তুব চুম্মা অমুক
খোংদ্রবনি ।

## গাবার মতো হয় নি কোনো গান,

শক্‌পা যাবা ওইদে ইশৈ অমতবু
পিবা যাবা ওইদে দান অমা ফাওবু।
পুক্লিংদা খল্লি পুম্নমক ৱাংহৌবেদনা,
লাক্লে মগাক্‌পু নম্‌থাক্তমক তৌরমত্না,
কদৌডৈ ওইনি পুন্সি মপুং ফাহন্না
পুন্সিসিগী পূজা লোইশিন্‌ববু।

অতৈ-পুম্নমক্কী সেবা তৌই কযা
থরাই যাওনা পিই পোৎলম্ শুনা শুনা—
শেমজিন শাজিল্লি মিনম্‌-অচুম্বা কযা
অতোনবনি হাইনা ফাখিনি কিত্না।
কবিস্নবু থুপ্পিণাই লৈতে নঙোন্দা,
অত্না থৌনা পোকই নংগী পূজাদা,
নখোংদা পুবক্লি লৈজবা অপুম্বা
ফি-কুপ্‌ত্রবা নংলবা থরাইসিবু।

১৩০

## আমার মাঝে তোমার লীলা হবে

ঐভোন্দা নহাক্লা লীলা শান্নগনি,
তাইবংদা ঐনা লাক্লিবগি মাতৃগীনি।
যুম অসিদা হাংদোক্লগনি থোং পুম্বা,
কোক্থ্রগনি তম্না নাপল অপুম্বা,
মুভাইববা নহাক্কী সংসাবসিদা
ঐগী কবি রাৎপা লৈবৰোদবনি।

শিবগা হিংনি ঐনা, মাহুদনি
ঐভোন্দা নহাক্লা লীলা শান্নগনি।
ঐহাক্কী অপাম্বা পুম্বা লেপ্‌খিগনি,
নহাক্কী প্রেম্ অমদা তিন্‌শিন্‌খিনি,
অরা-মুভাইগী অঙকৃপা পুন্সিদা
নং নত্তনা কৈস্থ লৈবোইদবনি।

## দুঃস্বপন কোথা হতে এসে

যত্তবা মং কদাইদৈ লাক্তুনা
পুন্সিদা থোকহল্লি ইরাং তৌবা।
মমৈদা উই কপ্পা তৌগতুনা,
কৈস্তু নত্তে, ইমানা কোল্লিবা।
খল্লম্মি কনানো নৈবেদনা,
মম্নবি থরাই-যাওনা কিবত্তুনা,
খংদেদো নংনা নোক্পা উত্তুনা
নংতননি ঐবু ভাওহল্লিবা।

পুন্সিবু তত্তুনা লেংহল্লি
অরা হুভাইবা অকিবনা—
'সি নত্তুনা অতৈ লৈত্রগুম্নি,
ভপ্প-গুম্মি ঐগী হাইবু'সিনা।
অমম্বসি কোক্থ্রনি ইমিত্তা
মিংকুপ্পদা অযুক্কী মঙাম্দা,
মপু ফানা নগাক্কী নমাংদা
লেপ্থিগনি নিল্-খোংবা অপুম্বা।

১৩২

## গান দিয়ে সে তোমায় খুঁজি

ইশৈ শক্তুনা নহাকপু থিরি
মপান্-পুক্লিংদা
হুমিং শাংনা ঐহাক্কী পুন্সিদা
পুনিবে ইশৈনা ঐহাকপু
যুম্ যুম্দা থোঙ্গাল থোঙ্গা নদন্
ইশৈনা খুং নানবিড়না ঐ না কোহন্নি
তাইবংবানসিদা।

মতম্বি কযা মানা তম্বিরে,
অপুম্বা লম্বী কযা উহল্লে,
খংনহল্লে থৱানমিচাক কযা
থম্মোই নো ন্দোম্দা।

অঙকপা অৱা নুঙাইগী লম্দা
খংদবা লৈবাক কোহনবা তুংদা
য়াচং মতমদা পুবিবক্লে
কবম্বা যুম হা।

১৩৩

## তোমার খোঁজা শেষ হবে না মোর

ঐনা নহাকপু থিবা লোইবোইদৌবিনা (না = দো)
নোংঙানবা মতমদা ঐগী মপোকসিনা।
চৎলনি অনৌবা মপোক্কী লমদা,
নৌনা উনিংবা পোক্কনি ঐহাক্কী মিত্তা,
নহা ওইত্নুনা অনৌবা মঙা'নহুদা
ফাজিন্নি নংগা নৌন-তিন্নবৈ-লংনা
ঐনা নহাকপু থিবা লোইবোইদৌবিনা।

নংগী অবোইবা লৈতেদো লৈতে লোইবা
'ত্নুনা হেক-হেক নৌনা লীলা শান্নবিবা।
খংদে কবম্বা ফিজেত্তা অমুক নংনা
লম্বী যাইদা লেপ্‌কনি, ইবুঙো, নোক্লা—
ঐগী খুৎপু পাইবনি নাক্তা লাক্তুনা,
থরাইদা পান্নি অনৌবা অমম্বা রাখলনা।
ঐনা নহাকপু থিবা লোইবোইদৌরিনা।

১৩৪

**যেন শেষ গানে মোর সব রাগিণী পূরে—**

শৈরোইদা ঐগী রাগিণী পুম্বা যাওবমাল্লে—
মাগী সুরদা ঐহাকী মুঙাইবা লোইনা পোক্লে।
ৈলবাক লৈমনা নোকপা মঙ্গুংঙাইদো
উবি রারি নাপি শিংনা ইকিং ফিংবদো,
মঙ্গুংঙাইতুদা অঙাওবা অনিগুম্মা
হিংবগা শিবগা কোইমিন্নৈ তাইবং অসিদা
মঙ্গুংঙাইতুমক পোকই মাগী সুরদা।

নোং মুংশিংকী ফিজেত্তা লাকপা মুঙাইবা,
খেক্লা নোক্লা অতুম্বা থরাই থৌদোকপা।
মিত্তা পিতানা লেপ্লিবা মুঙাইবা
অরা অনাগী অঙাংবা থম্বালগুম্বা,
অরৈবা পুম্বা উফুন্দা হন্দোকনিংবা
রা ঙাংফমসু খংদবা মুঙাইবদা—
মঙ্গুংঙাইতুমক পোকই মাগী সুরদা।

## যখন আমায় বাঁধ' আগে পিছে

ঐবু নংনা পুনবা কান্দা মাং তুংদা
পুক্কিদা খল্লি যাববোই নাম্থোকপা।
ঐবু পাদবা কান্দা নংনা মথাদা
পুক্কিদা খল্লি ওইববোট লেপ্‌খৎপা।

অমুক নংনা ঐবু অপুন্‌বা থাদোকপি,
অমুকস্তু নঙাক্কা ঐহাকপু লৌখৎপি,
পুন্সি চুপ্পা নংগী পান্থাম তাই ভুম্বদা
অন্নম তৌনা পিবিবি ঐবু লেং ওৎপা।

কিপা পোকহন্দুনা মাংহল্লি তুম্নিংবা,
তুম্বা পুগাইছুনা কোকহল্লি অকিবা।
ইহল্লম্মগা পল্লাইবু কৌড়না চংখি,
অতুগী তুংদা মফম কৈদনো লোৎখি,
পুক্কিংদা খল্লি চন্দক্তিং মাংগ্রেদনা
কদাইদেনো খংহৌদে অমুক থারকপা।

## যতকাল তুই শিশুর মতো

কয়ানিনো নংনা অঙাংগুমা
পাঙ্গল্শোন্না লৈবিমখৈ
থম্মোইহুংগী মন্নুংচনবদা
লৈয়ু মতমতুক্মখৈ।
খিক্তুং শোক্পদা নকোক চাওনি,
খিক্তুং মৈ-পোক্পদা শিদোনি,
হকচাং মচাদা উফুল তৈবা
চুহন্নি মোৎপমখৈ।
থম্মোইহুংগী মন্নুং-চনবদা
লৈয়ু মতমতুকমখৈ।

মহাক্কী নপাঙ্গল লৈবক্লগা
পরাই শুনা হৌগৎনি,
মৈন-থন্বা অমৃত মহাক্কী
মতমতুদা থক্কনি—
মতমতুদা মপান্ চেন্দুনা শান্নৌ,
অশেংবা লৈঙোইদা ওন্দুনা শান্নৌ,
অপুন্বা পুম্বা হকচাংদা পুনা
কোইয়ু ননিংতম্মখৈ—
থম্মোইহুংগী মন্নুং-চনবদা
লৈয়ু মতমতুক্মখৈ।

## আমার চিত্ত তোমায় নিত্য হবে

ঐহাক্কী পম্মোই নঙোন্দা য়ুবা ওইবা
চুম্বা ওইবা—
ঙাক্তিগ্ অচুম্বা, ঐগী'স্তুম্বা ফব-তুমিৎ
কদৌঙৈ থোক্কবা।
অচুম্বা অচুম্বা শোম্না,
বুদ্ধি পুম্বা অচুম্বদা শিন্না,
ওয়াথেনা পুন্বা নাম্থোক্লা খোংদাগে
মালেম অচৌবা—
অচুম্বা, নংনা লোইনা ফোংদোকপব
কদৌঙৈ উগবা।
নংবু লাপ্না থৈদোক্তুনা রাবি
ঐগী চুমদবদা।
কবিনো মতৌ'মা ইতৌ তৌই
ওইদ' লৈপাক্তুদা।
ঐহাক্কী ঐসি চামথোক্লগা
নংগী মহুংদা মাংখরগা,
অচুম্বা, নঙোন্দা লেপ্লগা
শোইবোই হিংহোবা।
নংগী মহুংদা ঐহাক্লা শিবা
কদৌঙৈ ওইদৌবা।

## তোমায় আমার প্রভু করে রাখি,

নংবু ঐগী মপু ওইনা থম্জনবা
ঐগী ঐ-হাইবত্তমথৈদং থম্বিখোবা।
নংবু ঐনা উনিংবা মাইকৈ পুম্বদা,
পুম্নমক পিক্না ভিন্নিংবা নঙোন্দা,
নঙোন্দা প্রেম হাপ্লিংবা অহিং শুংথিলদা
ঐনা পাম্জবশিংসিদদি থম্বিখোবা—
নংবু ঐগী মপু ওইনা থম্জনবা।

নংবু কৈদম্ভ ঐনা কুপ্শিন্দনবা,
ঐগী ওইবা শকক খবদি থম্বিখোবা।
নংগী লীলা শান্নবা থরাই ওন্না
সংসাবসিদা ঐবু থম্লিবা মাক্না,
লৈগে পুন্দুনা নংগী পাম্বোম্-লাংনা
ঐনা পুন্বা থরদ'দদি থম্বিখোবা—
নংবু ঐগী মপু ওইনা থম্জনবা।

## ১৩৯

### যা দিয়েছ আমার এ প্রান ভরি

অপিবা খরদা ঐগী থরাই থল্লে
হৌজিক শিবদা পেলহৌদবা লৈতরে।
অহিং তুংথিল অরাতুভাই কয়াদা
সুর কযা থোকই ঐগী পুক্নুংদা,
ফিজেৎ কযাদা লাকই ঐগী যুমদা
শক্ কয়ানা ইপুক্লিংবু হুবিরে।
হৌজিক্ শিবদা পেলহৌদবা লৈতরে।

থংই, নংবু থরাইনা পাম্না লৌদবি—
ঐগী খোগোৎপা মপুংফানা ফংদরি।
থর ফংলিবসি লাইবক্নি,
চান্‌বিহ্না নংনা শোক্‌পিবনি,
নং নৈ হাইবা থংবদি থংইবনি—
থংবত্নগী হিদা চৎখিনবা তোংলে।
হৌজিক শিবদা পেলহৌদবা লৈতরে।

১৪০

## ওরে মাঝি, ওরে আমার

হা হি-হোনবা, তাওনে ঐহাকী
মীওইব-মপোক-হিগী হি-হোনবা,
ভাবা ফংববা অরাপ্পদগী
রাংম-বোমগী বাঁশি খোংলিবা।
হি-সি নংগী হুংথিল্ লোইরবদা
পন্‌গদবা হিদেন্দা লাকপদা।
মাহুদা সন্ধ্যা অমম্বদা
উগদ্রা থাওমৈ মযাম্ পরেং পান্‌বা।

পান্‌বগুম তৌই ঐগী পুক্লিংদা
ইংনা হুডাইবা হুংশিংসিদা
সমুদ্র রাংমগী মীনোক অমা
'মম্বা পুহনা ওসি লাক্লিবা।

লাক্‌পা মতম্‌দা লৈরাংশিংহু
হেক্কুনা পুবক্লম্বা থরহু
মথোইশিংহু হৌজিক তেক্লা লৈরি
থুনা শেম্‌জিল্‌হোরো লৈতেংনবা।

## ১৪১

### মনকে, আমার কান্নাকে,

পুক্লিংবু, ঐহাক্কী হকচাংবু,

ঐনা অমুক্ত ওইনা তিন্‌শিল্‌হনবা

পাশ্মি অমুবা মমিবু।

মৈ অসিবুনা চাক্‌থোক্‌হনবা

সমুদ্রসিবু ইথক্‌ হৌহনবা

মখোং অসিনা পেথহন্‌বা

নেথহনবা মাযাসিবু—

পুক্লিংবু, ঐহাক্কী হক্‌চাংবু।

চংখি চংখি মফম্‌দা অসিনা

ফম্বা উবদা মফম কনশিন্না

ইকাইবনা শি, লৌরো হরি

শাথিনা শুক্রবা মমিবু—

পুক্লিংবু, ঐহাক্কী হকচাংবু।

নংনা ঐহাকপু লৌশিনবিবদা

অপনবা লৈবোহ কৈস্ন কদাইদা,

মপুং অমতা উৎকনি

লৌথোক্‌খিত্নুনা মাযাবু—

পুক্লিংবু, ঐহাক্কী হকচাংবু।

১৪২

## যাবার দিনে এই কথাটি

চৎপা সুমিত্তা রাসিদদি
চচ্চগে হাইবগা—
উরিবা ফংলিবা থবসি
নৈতে চাংদম্নিঙাই মাগা।

মঙাল ইপাক যাইদনিদো
শাংলি থম্বাল্ চামনিপাল্দো
মাহুমকী খোহহি থক্পা ফংলে,
ফল্লে যাইফ-মকা—
চৎপা সুমিত্তা রাসিদদি
চচ্চখিগে খংলগা।

তাইবং-শকী শান্ন-শংদা
শান্নবে কযা মশানা,
শক্-হেন্‌ববু উবা ফংজবক্লে
ইমিৎ অনি পাংনা।

শোক্‌পদা যাদবা মহাক অহু
মহাক্না ওইরে ইশা পুম্বহু।
অসিদা লোইশিনবা তাববদি
লোইবো লোইগে হাযবগা—
চৎপা সুমিত্তা রাসিদদি
চচ্চখিগে খংলগা।

১৪৩

## আমার নামটা দিয়ে ঢেকে রাখি যারে

ঐহাক্কী ইমিংসিনা কুপ্পুনা থম্বা মীহু
মিং অসিগী কৈক্তুমশংদা শিরে মাতু।
অহিং মুংখিন্দা লৈব-খিবিক্ কাওরবা
মিংসিবুদা নোংথক্-তান্না থাঙ্গৎলিবা,
অতুক্কীমথৈ ঐগী মিংগী অমম্বদা
ঐগী অচুম্বা মাংহল্লি ইশাদা।

উফুলগী মথক্তা উফুল্ হাপ্‌কৎলি
ঐহাক্কী ইমিংসিবু ৱাংনা থাঙ্কৎলি।
কদাইদা কবি অহোবা লৈদগে থন্না
পোথাবা চংদে ঐহাক্কী থম্মোইনা,
যাম্না লুনা তৌবগা মিনম্বসিবু।
যাম্নমক ঐহাক্না মাংহল্লি ইশাবু।

**নামটা যেদিন ঘুচাবে, নাম,**

মিংসি ককথংপি হুমিত্তা, ইবুঙো
হিংলনি হুমিত্তুদা রাইশংনা—
ইশানা-শানা মংলানচান্দগী
নহাক্কী মন্নুংদা পোকচহনা।
কুপ্তুনা নংগী নখুৎনা ইবা
তৌবি ইশাগী ইমিং থাজিনবা,
কয়া কুইনা স্নমদৌনা লেনগনি পুন্সি
অস্নস্বা কিরবা খুদোংথিবা পুনা।

মযামগী লৈতেং হুবাল্লহনা
মশাবু মানা লৈতেংজনিংই।
স্নব পূম্নমকপু নমথহনা
মশাবু মানা শকচ শোঙ্গনিংই।
ঐহাক্কী ইমিংসি মাংখিসন্নু,
নংগী নমিং চিন্দা শোনগে ঐস্নু,
হুমিত্তুদা ময়ামগা তিন্নবা ওইনি
মিং য়াওদানা থংনহনা।

## জড়ায়ে আছে বাধা, ছাড়ায়ে যেতে চাই—

অপুন্‌বনা যেৎশিল্লি, থাদোক্তুনা চৎনিংই—
থাদোক্কে তৌর 'ব্লাবা পোকই।
অবাম্‌-খুভম নিনবা নংগী নাক্তা চৎনিংই
নিবগে তৌর ইকাই পোকই।

খংই নংসি ঐগী পুন্সিদা অথোইবা পোৎনি,
নংগা মান্নবা অতৈ-অমা লৈত্রবা লম্নি,
অচুবু অতেক্‌-অকাই ইমুংদা তাবিবত্ত
হেক্‌ ছুন্দোক্কে ঙম্‌দবা থোকই।

নংবু কোন্না ঐগী থম্মোইবু উফুন্না কুপ্লি,
অশিবনা পুবা উকুন্‌ ঙাক্লি—
ঐহাক্না উফুন্দু থরাই শোক্না তাথি,
'দুনু কুপ্পদুদি পাম্বনি।
ব্লাৎপা যাম্না লৈবি, ওইদবা কযা তৌবি—
কযা অশোইবা, কযা ইম্নোক-ইন্‌শিন্‌ শাম্নরি—
অদুনা ইশাগী ফনবা নিগে তৌবদা
থম্মোইমুংদা অকিবা পোকই।

১৪৬

## তোমার দয়া যদি

নহাক্কী থৌজাল কয়া
নিদগে খংব্রবস্থ
অহুবু থৌজাল্‌হুনা
নখোংদা চিংশিন্‌বিয়ু।
ঐনা করিনো শেম্‌-শাই
কোম্মা কাওনা লৈথোক্‌পশাই
হুণ্ডাইবৈ ইরাৎ-পূজা
তৌই হৈ-লৈ মবক্তা—
শান্নশং উফুল্‌ তৈনা
থম্বিগনু হঙ্গোইনা
হোদোকউ চানবিহুনা
মৈগী তেল কাপ্পিয়ু।
অচুম্বা মিং উইরি
চিংনবগী ময়াইদা,
মহাকপু নং নত্তনা
পাংহনবা ভস্মরোইদা।
অশিবা ফাওদৎনা
চেম্বিবি অমৃতনা
মনিং-হোবা অনংবগী
অহাংবা থল্‌হল্লি।
কেনবৈ অরাবা-বক্তা
রাথম্না পোকহল্লি হেক্তা
খৎন-চৈন-নিন্‌বদা
অথুপ্পা নং' রাহৈহু।

## ১৪৭

### জীবনে যত পুজা

পুন্সিদা পূজা কয়া
ওইদরে লোইবা,
খংইনে খংই, মাতু
ওইদরি মাংবা।
লৈরাংনা শাত্রিঙৈদা
কেন্‌বদু লৈমাইথক্তা,
লৈঙোই লম্বীদা তুবেল্
ইচেল্ মাংগ্রিবা,
খংইনে খংই, মাতু
ওইদরি মাংবা।
পুন্সিদা ভসিসু খব
লৈবিসি তুংদা,
খংইনে খংই, মাতু
তাদে অরেম্বদা।
ঐহাক্তী লাক্‌পিদ্রিবা
ঐহাক্তা খৎলুদ্রিবা
নংগী বীনা মরিদা
মশানা খোংবা—
খংইনে খংই, মাতু
ওইদরি মাংবা।

১৪৮

**একটি নমস্কারে, প্রভু,**

অমুক্তং খুরুম্বদা, লাইও,
অমুক্তং খুরুম্বদা
হকচাং পুম্বা ওম্বোইনা তাসনু
নহাক্কী সংসারদা।
ইঙাগী অকুংবা লৈচিন-পাংখক্
বসূনা লুম্বনা নোল্লপ্‌ নোল্লপ্‌
অমুক্তং খুরুম্বদা, লাইও,
অমুক্তং খুরুম্বদা
থরাই পুম্বা তাহ্নুনা লৈসনু
নংগী তাইবং থোংজিন্দা।

সুব মযামগী চাওব ইচেন্দা
মশা লুপ্‌শিন্দুনা তিনূবদা
অমুক্তং খুরুম্বদা, লাইও,
অমুক্তং খুরুম্বদা
ইশৈ পুম্বা লোইশিনূখবসনু
অচিক্‌পা মালং-তবংদা।
ঙাম্নুনা পুক্লিং তুংইন চৎপগুম্
অহিং মুংথিল চুপ্পা মতৌহ্নগুম্
অমুক্তং খুরুম্বদা, লাইও,
অমুক্তং খুরুম্বদা
থরাই পুম্বা পাইজখরসনু
পোল্লোই-শিবা রাংমদা।

১৪৯

## জীবনে যা চিরদিন

পুন্সিসিদা মতম শাংনা
লৈখিবা শামিন্ ওইনা
অয়ুক্কী মঙান্দা মাতু
শাকাইখিদরে ফোংনা।
পুন্সিগী অরোই দান্দা
পুন্সিগী অরোই ইশৈদা
হা লাইও, মাতুমক ঙসি
পুবক্কে ননাক্তান্না—
অয়ুক্কী মঙান্দা মাতু
শাকাইখিদরে ফোংনা।

াইনা মাবু লোইশিন্না
ঙমখিদরে পুনশিন্বা,
ইশৈনা মাবু স্থব যাওনা
ঙমখিদরে পানশিন্বা।
তুমিন্ তুমিন্ অচিকপদা
শুমহৎপ অনৌবা শক্তা
তাইবংগী মিৎযেং নাতৈদা
লৈরি মাতু লোত্তুনা—
অয়ুক্কী মঙান্দা মাতু
শাকাইখিদরে ফোংনা।

কোইরি মহাকপু পুহ্না
লৈবাক লৈবাক চত্তুনা,
পুন্সিদা থুগাই শেম্‌গৎলি
পুম্নমক মাবু কোন্না।
ন্নাখল থবক অপুম্বদা
ঐগী মযামগী মবক্তা
তুম্বদা মংদা তোঙান্না
মথন্‌ লৈবম্মি মানা—
অয়ুক্কী মঙান্দা মাহ্নু
শাকাইখিদবে ফোংনা।

হুমিৎ কযা মী কযানা
যেংখিবম্মি মাঙোন্দা
কান্নদানা হন্‌খি মখোই
মপান্‌লোমগী থোংজাওদা।
খংবা ঙম্নোই অতৈনদি,
নহাক্কবু খংনবদি
শোইবোই খন্না ঙাইনম্মি
মবন্নাই অতিঙা শানা—
অয়ুক্কী মঙান্দা মাহ্নু
শাকাইখিদবে ফোংনা।

## তোমার সাথে নিত্য বিরোধ

নংগা লোইনবা নিতি খৎনবা
খাংবা খম্‌দবে—
মুমিৎ খুদিং মুম্ হাপ্‌কৎপনা
শেন্দোল যাম্লে।

খাইনা মীযাম্ তিন্‌বৈ ফিজেত্তা লাক্লে
নংবু খুকল্লম্লগা চৎখবে,
ঐনা ফিজেৎ মোৎনা লোত্তুনা কোই—
ইজ্জৎ লৈতরে।

করম খংহন্নি খম্মোইনা ৱাবা
ওইখরে পুক্নিং লোন্‌থোক্তবা
নঙোন্দা করি অমতা ৱাবু
অমুক হাইদরে।

তাম্থোকপিন্নু মাবু হন্দক্‌মুক্
লৌবিয়ু চোপ্‌হনুবিন্নু ঙমুক্
হাইয়ু নহাক্কী খুযা খাদ্‌ংনা
লৈবা কুইরে।

১৫১

## প্রেমের হাতে ধরা দেব

হুংশিবৈ খুত্তা ফাহনৃগনি
'ডুগী লৈবি ফমহ্না,
মতম্ কা-হেন্না থেংজিল্লক্লে
লৈবনি ইবান যাম্না।
নোংদম্বনা শেম্বা অপুনৃবনা
ফাথৌই, ঐনা চৎলি থৈদোক্তুনা—
মাতুগীদমক লৌগদবা দণ্ড
লৌবগে পুক্লিং পেন্না।
হুংশিবৈ খুত্তা ফাহনৃগনি
'ডুগী লৈবি ফমতুনা।

নীনা ঐবু চৈ থাংবা তৌই,
চৈবা নত্তে অবেম্বদা—
অচৈবা পুম্বা কোক্তা পুতুনা
লৈনি খাইগী মথাদা।
লোইশিল্লকদৌবে মতমসি,
সোইবে লৈব-যোনৃবে কুমৈসি—
কৌবা লাক্লম্বা মখোই অতু
হনৃখবে লোইনা শাওনা।
হুংশিবৈ খুত্তা ফাহনগনি
'ডুনা লৈরি ফমতুনা।

১৫২

## সংসারেত্তে আর যাহারা

সংসারসিদা মখোই খিবিক্
ঐহাক্পু মুংশিবিবা
মখোইনা ঐবু ফাজিল্লি
পুন্সি লিপুন্ অকনবা।

নংগী প্রেমদি খাইদগী ইতোপ্ তোপ্নি,
অতুনা নংগী অনৌ-নৌ ইচেন্ হাপ্নি—
পুন্‌শিন্‌বিদে, লোত্তুনা লৈবি,
ননাইবু থাদোকইবা।

অতৈ মযাম্না কাওনি খন্না
ইথম্দবু থমদে।
নোংমগী মথংদা নোংমা হৌখি
নংবু উবদি শোইদে।

নংবু কৌববস্থ কৌদ্রবস্থ
তৌনিংবা তৌদ্রুনা লৈববস্থ
নংগী অপাম্বনা যেংহুনা লৈ
ভাইহুনা ঐগী অপাম্বা।

১৫৩

## প্রেমের দূতকে পাঠাবে, নাথ, কবে

প্রেম্‌গী দূৎ থাবক্লি, ইবুঙো, কদৌঙৈবু।
ঐগী থৎন-পুম্বা কোক্নি মাহ্নদবু।
অতৈ মখোই ঐগী যুমদা লাক্‌পশিংনা
অকিবা উত্তুনা লাক্‌হৎলি মখোইনা,
নিঙাই-চাওব পুক্লিংনা থোংলোন্দুনা লৈ—
মাইথিবা যাদে, হল্‌হনৃখি ময়াম্মকপু।

মা লাক্লবদি অথিংবা পুম্বা কাইনি,
মা লাক্লবদি অপুন্‌বা পুম্বা তৎনি,
মতম্‌হ্নদা কনানা যুমদা ফাহ্ননা থম্লি—
শোইদানা খুম্বা তাই মানা কৌববু।

লাকপা মতমদা মথন্নতা লাক্লম্মি
মাগী ঙকশম্‌দা লৈগী পবেংনা হাইরি—
চিংবদা লৈ-পবেং অহ্নদা পন্‌গনি
ঐহাক্কী থম্মোই লৈগনি তুমিন্নবু।

## ১৫৪

### গান গাওয়ালে আমায় তুমি

ইশৈ শক্‌হল্লি ঐহাক্‌পু নংনা
নম্‌থাক্‌ কয়ামুক্তা
কয়া পেন্না শান্নবদা, কযা
মিংকী পি-তাবদা।
ফাহল্লগা ফাহন্দে নংনা
নাক্তা লান্নগা চেন্‌খি তন্না,
থন্নাইবু থল্‌হল্লি অন্নাবনা
মিকুপ্‌, মিকুপ্তা।
ইশৈ শক্‌হল্লি ঐহাক্‌পু নংনা
নম্‌থাক্‌ কযামুক্তা।

মরি কযা তিংবা ওইরি নংগী
বীনা শেম্নদা,
মথুন্‌ চামা পাল্‌হল্লি পুন্সি
বাঁশি খোংবদা।
নংগী সুরগী লীলাদা ঐগী
নোং-ভানবা ওইববদি পুন্সিগী
তুমিন্না থম্বিয়ু হন্দক্‌মুক্তি
নখোং থুয়া খাদা।
ইশৈ শক্‌হল্লে পুন্সিসি চুপ্পা
নম্‌থাক্‌ কয়ামুক্তা।

## মনে করি এইখানে শেষ—

পুক্নিংদা খল্লি হন্দক্ শোইদ্রে লোইবা
কদাইদগীবু লোইবা।
অমুক্সু নহাক্কী সভাদগী
য়াথং হেক্তা লাক্পা।
নৌব ইশৈদা নৌব বাগদা
ইনৌ নৌনা থম্মোই হৌগৎপদা
সুবগী লম্বীদা কদোম্ চৎকনি
খংদে মাইকে চৎনবা।

যাচং মতম্গী সনাগী মঙান্দা
তিন্শিন্হন্দুনা তানবু
পুবনীদা লোইশিন্বা তাল্লি
খুদক্তা ঐগী ইশৈবু—
অহিং-থেংবগী অকন্বা সুবদা
পুন্সি থন্না অমুক্ হৌগৎপদা,
অহুদদা ঐহাক্কী মিত্তা অমুক্
নৈত্রে কৈস্সু তুম্মিংবা।

১৫৬

## শেষের মধ্যে অশেষ আছে

লোইবৈ মন্নুংদা লোইদবা লৈরি
রা অসিবু পুক্লিংদা
ঐহাক্কী ইশৈ লোইবদা ঙসি
পোক্ই মিকুপ্ খুদিংদা।

স্নুরদি লেপ্খবে অতুবু
লেপ্কে নিংদবগুম তোরে থক্পু—
অচিকপদা খোংগংলি বীনা
করি কান্নদবদা।

মরিদা যৈরবা মতমহুদা
স্নুর থোক্ই অতুদদা
খাইদগী চাওববা ইশৈদি
লৈখি যাম্না লাপ্নদা—

লাওবা পুম্বা শেপ্পবদি
অতপ্পা বীনাদা কুম্লক্ই
সন্ধ্যানা মুংথিল লোইবদা ঙংগুম্
শাংনা স্বোর হোনবদা।

১৫৭

## দিবস যদি সাঙ্গ হল, না যদি গাহে পাখি,

হুংখিলগী মতম লোইবত্নুনা উচেক্লা খোংত্রবদি
হুংশিংনা চোক্‌থত্নুনা শিত্তববদা,
কম্‌দৌনি, যাম্না থানা কুপ্‌শিন্‌বিবো ঐহাকপু হন্দক্তি
য়াম্না শুক্লা কুংনা মমথ্রব মখাদা—
লোম্না তপ্না তপ্না মংলানুচান্নবু
নংনা কুপ শিন্‌বিবগুম লৈপাক-লৈমবু
নহাক্লা কুপশিন্‌বিবগুম উইশিন্‌বা হৌবক্লবা মিংপু,
অহিংগী থম্বালবু নংনা উম্‌শিলহল্লিদা।

চেংজেল লোইশিল্লক্লবা মহাক্ অদো লম্বীগী মযাইদা,
মহাক্কী মাংনবা মমি ফাওবকই,
মফিজেৎ লৈতেং ইমোৎ মোংলে উফুন্দা চোপ্প-নংবদা,
মহাক্কী মপাঙ্গল তেক্তুনা তাদোই—
কুপ্‌শিন্‌সনু মহাক্কী অশোকপা চৈফম্
হুংশি মোইথেম্না খম্ থেংনা অচিক্তম
ইকাইবা কোক্‌হন্না শাংহল্লু মাবু 'নৌবা অযুক পাংনা
পেলহল্লু মাবু অমম্বে অমৃতদা।